# রামায়ণ

শ্রীঅধিকারিময়ুম জিতেশ্বর শর্ম্মা
ব্রহ্মপুর, ইম্ফাল।

মণিপুর সরকারগী মতেং য়াওনা কোক্তবা

---

# রামায়ণ

অইবা—

অধিকারিময়ুম জিতেশ্বর শর্মা

ব্রহ্মপুর, ইম্ফাল।

মমল—রুপা ১০

# ৱাহৈফোক

ৱামায়ণ ভারতকী আদিকবিগী আদিকাব্যনি। বাল্মীকি মুনিগী প্রতিভাদগী পোক্লকপা ৱামায়ণগী ৱাৰীসিনা মতম-লৈবাখিবক্তা, যুগ-যুগ কয়াদগী লেঙদনা, ভারতকী মীয়ামগী থম্মোয়বু অমম্ং পুক্লিংবু শুমহত্তুনা লাক্লি। অসিগুম্বা আদিকাব্য অসিবু বাল্মীকিনা ৱারী অমা ইরগে হায়বা মপাঙ্খোংগী ৱাথন্দগী পোক্লক্কুনা ইখিবা নত্তে। মীওইবগী থম্মোয় ঈপাকী খ্বাইদগী থোৎ-নৌরবা ঈথক্তগী হৌরকপা করুনা, অরাংনবা ভাববু মুংশিবীবা হায়বা হৌরকপা অহুদগী ৱামায়ণগী ৱারীনি। থম্মোয় ঈথকপু ফোঙদোকপদা বাল্মীকিনা মতাং চানা অসুক্কী মতিক থোৎলবা-নৌরবা ৱাহৈশিংবু শিজিন্নদুনা, তাবদা পুক্লিং শুক্নৎলবা ছন্দদা ইবনি। খ্বাইদগী হেন্না ফজরবা, থোৎলংমেঙলবা, থম্মোয় ঈথক হৌরবা, কাব্য অদু ৱামায়ণগী মশক ওইনা ঐখোয়না বাল্মীকিগী কলমদগী ফংবা ঙম্মী।

সংস্কৃত লোন্দা কাণ্ড তরুক্তা শ্লোক লিশিং কুন্মুরিদা ইরবা ভারতকী সাহিত্যগী খ্বাইদগী কুইরবা অমম্ং ফজরবা কবিতাগী লাইরিকনি। অচম্বা মওংদা, ফজরবা ৱাহৈদা ইবা, ঈশৈ ওইনা লায়না শকপা য়ারবা, খোয়থুম্রনা পাবদা চথরবা লাইরিক অসি নাকোংদা ত.বা মুংঙাইতবা,

অয়াকপা ৱাহৈ অমত্তসু য়াওদে ; পাক-চাউরবা তুরেলগী ভগ্না-ঈংনা চেম্থরবা ঈচেলশুম, তাংথক নাইনা তরু-তনায়া চথরবা ৱারীনি। 'বাক্যম্ রসাত্মকম্ কাব্যম্' হায়বা অহুগী খ্বাইদগী হেন্না চুনরবা খুদম ওইরবা লাইরিক্নি। ৱারী অসিদা শৃঙ্গারদগী শান্ত ফাওবা রস মাপলমক নীথিজনা য়াওরবা কাব্যনি। থাইনগী মতমদা হিন্দু সভ্যতানা থাক কয়া যাংনা লৈরকপগে হায়বহু খঙবা ওয়বা সাহিত্যগী লাইরিক অহু বাল্মীকিগী রামায়ণ অসিনি।

সংস্কৃতদা অমদি অতৈ-অতৈ লোন্দা শৈরেংদা নত্রগা ৱারেংদা, রাম অমসুং সীতাগী পুন্সিগী ৱারী ইব লাইরিক য়ায়া ভারত অসিদা কংই। কালিদাসকী রঘুবংশদা রামচন্দ্রগী পুন্সি অমদি মানা পাওখোকপা থবকশিংবু মরু ওইনা উৎলি। ভবভূতি, মুরারিনচিংবা কবিশিংনা নাটককী মশক ওইনা রামগী পুন্সিগী থোদোক কয়াবু নৈনৈ। অরাং ভারতদা তুলশিদাসকী রামচরিত-মানস, থা ভারতকী কম্বনগী অমদি নোংপোক ভারতকী কৃত্তিবাসকী রামায়ণগী ৱারীশিং অসিদি ৱারী মপুঙ ফানা ইবনি। ৱারী পুম্নমক অসিদগী খ্বাইদগী অখোইবা অমদি অহানবা ওইনা বাল্মীকিগী রামায়ণনা মতম চুপ্পদা লৈরক্লি। লৌকিক কাওবদা রামায়ণগী ৱারী মতাং কয়াবু কবিশিংগী কলমগী চঙজকম

ওইহনা লৈরি ; মীওইবনা হিংহুনা লৈরিবথৈ অসুম্না রামায়ণগী বারীসি মীগী থম্মোয়বু শুক্কংনহনা লৈথিগনি। লাইরিক অসিনা, বারী অসিনা, ভারতকী করোর কয়াগী মীশিংবু অওনবা কয়া লৈরক্লবা যুগ-যুগ কয়া লাম্নবু, থৌজিক কাওবদা থোইনা চাউরবা শক্তি অমা পীরিবসিনা তাকপদি রামায়ণদা থোইদোক-হেন্দোকপা মগুণ কয়ামুক লৈ হায়রবসিনি। লৌবুক্তা লৌ উরিবা লৌমীস্তু, খুৎলায় পায়দুনা থবক শূরিবা লৌমীস্তু, মীচম কয়া লৈরিবস্তু অথঙ-অহৈ ওইরবা পণ্ডিতশিংস্তু, সীতা-রামগী বারীনা মথোয়গী থম্মোয়দা লেঙদবা ওইনা লৈরি। যুগ কয়া লাম্নবু, মীরোল-মীরোল কয়াদা, মশীং লাকতমক্রবা ভারতকী মীয়ামগী বাখলগী মওং অমস্তুং থম্মোয়গী ঈথক অসিবু রামায়ণনা লমজিংলক্লি।

হিন্দুগী সংস্কৃতি অমদি সভ্যতাগী খ্বাইদগী বাংলবা আদর্শশিংগী মীংশেলদি রামায়ণ অসিনা ওইবনি। হিংলিবা পুরুষকী ওইনা, ফিদমনিংতাই ওইবা মথৌ থঙবা মচানুপা, মতিক চারবা মপুরোইবা অমদি মীয়ামু মুংশিবা নিংথৌ অদু রামচন্দ্রনা ওইবনি ; অবা-নুংঙাইদা, নগরদা-বন্দা, গুরু ওইবা মরাম্নুঙ অহনগী লাইবকপু শরুক য়ারবা মনাও অদু লক্ষ্মণনা

ওইবনি। রাবণ অমস্তুং বালিদা, ঐখোয়না ফংই. মখোয়না কা-হেনবা মতমদা থোইনা চাওখৎপগুম তৌবা; অদুবু মতমগী মতুংইন্না কর্ম্মগী মহৈদু অদুম মতিক চানা ফংই। য়েরুবগী মকাদা নত্রগা মশামক্তী কোমুংদা লৈবদা, মতম চুপ্পদা, রাখন্দা-রাহৈদা-থবক্তা মপুরোইবদা পুক্নিং লুপ্তুনা লৈরবী, সতী ওইবী সীতানা, ভারতকী মুপী ওইবা মতৌগী খ্বাইদগী লেমজনিংঙাই ওইরবা লৈরাং ওইবনি। ভক্তশিংগী মরক্তা, হনুমানবু মীপুম খুদিংনা পূজা তৌনরিবনি। মরমাসনা ঐখোয়না হায়বা য়াই, রাম-সীতাবু, ভরতপু, লক্ষ্মণবু, রাবণবু, কুম্ভকর্ণবু, হনুমানবু মশক খংদনা কনানসু হিন্দুধর্ম্মবু মশক খংলে হায়না লৌবা য়ারোই। মমা-মপা-মচা; মচিন-মনাও, মুপা-মুপী, মরূপ-মপাং, মপু-মনাই, নিংথৌ-প্রজা, পুম্নমক্কী ফিদম য়াওবা রামায়ণনি। শাজৎ-লমচৎকী হেন্না বাংবা অমদি ফবা ফিদম অদু পীননবা নহারোলদা পাহনগদবা খ্বাইদগী ফবা লাইরিক্তি রামায়ণ অসিনি হায়না লৌবা য়াই।

কাব্যগী ফজরবা লাইরিক অমা ওইবদসু নত্তনা, রামায়ণ অসিবু ধর্ম্মগী শেংলবা লাইরিক অমা ওইনসু লৌখৈ। হিন্দুধর্ম্মগী ভক্তশিংনা লাইরিক অসিবু পূজা তৌখৈ। লাইরিক অসি তারক মন্ত্রনি, নিতিশাস্ত্রনি, দর্শন-শাস্ত্রনি। লমাজগী অমদি লমাই মীওইগী অচুম্বা লমচৎপু

থৃদম পীহনা মশক শেংনা তাক্লি। মতাং কয়াদা, সনাতন ধর্ম্মবু শন্দোক্লি। পৃথিবীদা চাওখৎ-মুংঙাই ফংনবা অমদি স্বর্গদা মুঙাইবা ওইনবা, লাইশোন লাইরিক অমা ওইনস্থ, মশীং লাকঙমদনা পাৰৈ অমস্তুং শিজিন্নৈ। ভক্তশিংগী মকমদা, রাম-নামনা শোয়দ্রবা লেঙদ্রবা মিংলেম্নি।

রামচন্দ্রবু ভগবানগী অবতার অমনি হায়না লৌই। মরম অদুনা, রামায়ণ পাবা হৌরমদাইদা শ্লোক অসি থিনৈ:

বেদবেদ্যে পরে পুংসি জাতে দশরথাত্মজে।
বেদঃ প্রাচেতসাদাসীৎসাক্ষাদ্রামায়ণাত্মনা ॥

বেদবু তম্বতনা ফংবা অমদি খঙবা ওবা ঈশ্বর মহাক্না দশরথগী মচানুপা ওইনা পোক্লবদা, বেদশিংনা বাল্মীকিগী রামায়ণগী মশক লৌখি। জয়দেব কবিনস্থ রামবু বিষ্ণুগী অবতার অমা ওইনা পল্লি। রাম মী ওইনা তাইবং-পান্দা লৈবনিনা, মহাক্না পুক্নিদা অশোয়বা অমস্তুং অশোনবা কয়া লৈরবস্থ, বিষ্ণুগী অবতার অমনি হায়বদা কন্নিস্থ-কায়দে। মাশাগী ময়ানা মাশাবু কুপ্তনা লৈবনিনা, অচম্বা মীওয়্যা মায়ানা শুক্ষৎপা ওবহ অচুম ওইবা তাবনি।

রামচন্দ্র মশামক্না, 'ইবুঙো নংদি বিষ্ণুগী অবতারনি' হায়বসি নিংশিংনবা তাবা মতাংস্থু রামীদা লেংলে।

রামায়ণদা করম্বা মতাং নত্রগা মতাংশিংনা অচৌদগী হেন্না কুজরগে হায়বহ থন্দোকপা লুই। অদুম ওইনমক, ঐখোয়না খনসি হায়রবদি, খোইদোক্না, পনবা য়াবা মতাং হায়ববু,—রাম অমস্তুং পরশুরাম উনবা, কৈকেয়ীনা বর অনি পীবু হায়রবদা দশরথনা য়াবা, রামবু বন্দা থাবা, মপাবুংগী লমচত্তা লক্ষ্মননা য়ানিংদবা, সীতা অমস্তুং অনসূয়াগী বারী, রাম-লক্ষ্মন অনিগী মতিক মগুণবু হনু-মান্না থাগৎপা, বালিনা শিবদা তারানা তেংথাবা, সীতানা রাবনবু পোৎনা চৈবা.সীতানা অশোক বন্দা হিংচাবী সুগ্রী-শিংনা কোয়শিন্না মতোমতা অরাবা থাওবা, রাবন্দা হনুমান্না পাউদম্বা,— মতাংশিংসিনি হায়বা য়াই। যুদ্ধকাণ্ডদা, লক্ষ্মনগা ইন্দ্রজিৎকা লান্থেংনবা, অদুগা রামগা রাবনগা লান্থেংনবা মতাংশিংসিদা, ঐখোয়না মীৎমক্না লানফমশিং অদুদা য়েংলূবগুম্না, পুম্নিংদা থাওহনবা ঙম্না শেংনা-ফজনা থওহল্লি। অদুম ওইনমক, রামায়ণগী কবিগুবা মতাংবু পাবা ভাহনবা অমদি পাবা মুওাইতরা য়াওই হায়দিওাহি লৈত্তে। মতাং খুদিংমক, বারী খুদিংমক বারী ওইনা, ফজবা শৈরেং ওইনা, মুওাইবা ওার্তনি। হায়নবা অমদি

কৈ, সুন্দরকাণ্ডদা, হনুমানগী থৌনা, পাঙ্গল অমদি থবকশিংবু শন্নোকপা অহুনা খাইদগী কজবা শরুকনি। থক্কী অমনা অমুক; লীওইবগী থম্মোয়গী ঈথক, নুংশিবা, পুক্নিং লাওবা, অনিমচিংবা শন্নোকপা অযোধ্যাকাণ্ডনা হেন্না কৈনা হায়রৈ। অযোধ্যাকাণ্ডদা, রামচন্দ্রগী পুকচেল চাওবা, দশরথকী অশোনবা, কৈকেয়ীগী হৈশিংবা, লক্ষ্মণনা লাইবক মোংদসু য়ানিংদবা, সীতাগী ভক্তি, কৌশল্যাগী মতিক-মঙ্গল, সুমিত্রাগী অশিংবা, গুহগী মরূপ ওইবা মতৌ অমদি ভরতকী থোইনা পুকচেল চাওবা, পুম্নমক অসি কজনা শেংনা উৎলি

রামায়ণ অসিবু নুংশি'রারী অমসু ওইবরা? দশরথগী অবাবা, নুংশিবনা মরম ওইদুনা, হোৎকপনি। অযোধ্যা-কাণ্ডদা, রাম অমসুং সীতাগী নুংশিবগী রায়ীনা মপুং ওই-রক্নি। ধর্মগী মায়োক্তা লেপ্পা নুংশিবা অহুনা ঐখোয়না ঈশ্বরবু উবা ফংই। রামায়ণদা ঐখোয়না নুংশিবগী হীরম অনি থেংনৈ। ধর্মগী মায়োক অইবা নুংশিবা অহুক্তসু রামা-য়ণদা উৎলি। চিংনবা কৈতনা ঐখোয়না রামায়ণ অসি কজরবা নুংশি'রারী অমনি হায়না লৌবসু য়াই। রামায়ণ পায়গা নুংশি'রাখল পোকপা ওস্মী হায়বসিসু চুম্লিংতাই ওই।

রামায়ণ অসি মণিপুরী লোলগী চৎনবী ছন্দদা শৈরেং ওইনা য়াম্না শৰজিনা মীয়াম্না পাননবা ইবনি। কজরবা

ৱারী মতাং কয়া, তেনশিনবগী মতুংইন্না, চিংখদবা নত্রে। মচং ওইবা থৌদোক্তা থনগত্তুনা, শমজিন্না ইবা অসিনা ৱারীগী মতিক-মগুল অহু য়াম্না ৱুহন্দবসু নত্রে. শমজিনা ইবা অসিগীসু মশাগী ফজবা ইরৈ-লৈতবদি চস্তবরা খল্লি। ৱারীগী থম্মোয়সুংদা, মীওইবগী অৱাবা মুঙাইব অহু চেম ত্তুনা অতুম লৈরবনি। শমজিন্নবা লাইরিক অসিদা কর্ম্মগী মতুংইন্না মহৈবু ফংবা, লাইবক-নোংদম, অমুকহন্না পোক-পা, ধর্ম্ম-অধর্ম্ম, অচুম্বা শাজৎ-লমচৎ চৎনবী-হৌনবী, হন্নৱী মপোক অমসুং চয়েংমূৱী মপোক. থৌনাথবা, ৱাজ-নিতি. লৈপাকচাকপা অমসুং মীয়াম, সুংশিবা, অসিনচিংবগী মতাং কয়া ফংগনি। পাবিন্নিবশিংনা থৱদং পূক্নিং চঙনা পান্নবা অমসুং ৱাখল থহুৱবদি, হেন্না শিংবা অমসুং ফব মী অমা ওইবা ওম্নিংঙাইনি হায়বসি থোইনা লাল্লোই। বাল্মী-কিগী ৱামায়ণ অহুমক্তদগী শমজিন্দুনা ইবনি ; বাল্মীকিগীদা য়াওদবা অনৌবা ৱা থোইদোকপা হাপচিনবা লৈতে।

মীয়ামগী থুত্তা লাইরিক অসি লাম্হোকচরি। অথঙ-অহৈশিংনা লাইরিক অসিদা অশোয়-অঙাম, দোষ কয়াসু ফংবা য়াই হায়বসিদা থোইদোকপা চিংননিঙাই লৈতবনি। অহুম্নদি ওইৱগা, লাইরিক অসিনা মীয়ামদা অকবা অমদি তৌৱে হায়বসিদা পুম্নমক্তা হৱাওবিগনি। দোষ লৈবা

পুন্নমক ইশানা ফিগাও শানা য়াজরি। খোইদোকপদি, লাইরিক অসি নহারোলশিংগীদমক্তা মরুওইনা ইবনি। অশম্বা রারী অসি পাবদগী মপুংফাবা রামায়ণগী রারী অহু পানিংবা পোকপদা পুন্নমক্তী অফবা ওইগনি।

নহারোলশিংনা রামবু, লক্ষ্মণবু, হনুমানবু, মতম-লৈবখিবিক্তা, মভেং পাংনবগীদমক খৌরাংনা নাক্তা লৈরবা অপোকপা ইপাশিং অমদি ইয়াম্বশিংগুম্না খনগদবা ওই। ভরতকুম, লক্ষ্মণগুম, অমদি হনুমানগুম্না থোইনা খৌনা ফরবা, পাঙ্গল কল্লবা, মুংশিচাওরবা, অফবা অমদি অথৌবা মীওই কয়া ওইনা নহারোলশিং হৌগৎলকপা ওইসনু। ঐখোয়না ভৌরিবা পুন্নমকসি নহারোলশিংগীদমক্তা তৌবনি হায়বদা অরানবা কয়ি লৈগদগে।

খোইদোকপা অমদি, রামায়ণবু মুপীশিংনা পুক্লিংচঙনা পাগদবা ওই। সীতাগী ফিদম অহু লৌদুনা মুপীশিংনা সতী থম্মোয় অমদি অভিজ্ঞতা খঙদুনা পুন্সি লেনবনা ভারতকী থোইনা চাওথোকচনিংঙাই ওইবনি। বাল্মীকিনা লিরিবা সীতাগী রারীসি মুপীশিংতনা মপুংফানা, ফজনা থাগৎপা ঙমগনি। রামায়ণগী রারী লোইবগা লোয়নন সীতাগী অরাবশিংনা লোইবা নত্তে। হৌজিক্তসু, ঐখোয়গী ভারতকী মুপীশিংগী পুন্সিশিংদা অরাবশিংদু লোইনাইদনা লোয়নননা লৈরি।

লাইরিক অসি বাল্মীকিগী রারী মতুংইন্না ইবনি।

রামনা নিংথৌ ওইবগা লোইননা রারী লোয়শিল্লি। মসিগী মথা ভাবদা, উত্তরকাণ্ডদা, রামনা নিংথৌ ওইরবা মতুংদা, সীতাবু বন্দা লৈনবা থাবগী রারী, মতম কুইনা লীনদুনা লৈরক্লি। উত্তরকাণ্ডগী রারীদি বাল্মীকিগী মতুংদা হাপচিন-লকপনি। অদুমওইনমক, রারী অসি মতমকুইনা মুংশিনা পাম্নলা লীনদুনা লৈরক্লবনা, ভারতকী পণ্ডিতশিংনা. চৎন-রকপবু ইকাইখুম্নবা উত্তুনা, বাল্মীকিনা ইরম্বা ওইনা অদুম লৌনরে অমসুং রামায়ণগী শরুক অমা ওইহল্লে।

রামায়ণ লেংবা কবি বাল্মীকি ঈশিংগী নিংথৌ বরুণগী মচানি। অধ্যাত্ম রামায়ণগী মতুংইন্না, মুণি অসি, ব্রাহ্মণ ওইনা পোক্লবসু, হৌরকপদা বন্দা লৈবা ডাকুশিংগা লোয়ননা লৈখি ঋষি তরেৎপু উম্নবা ফংলবদা বাল্মীকিগী পুন্সিদা অওনবা লাকখি। ঋষিশিংনা মচোন্দা রাম-নামবু হন্না হন্না শোনবা তম্বিখি। মানা তৌরুবা পাপকী মহৈনা, অহানবদা, বাল্মীকিনা 'রাম' হায়বা মন্ত্র, খোঙ্হোক চুম্না হায়দোকপা ঙমখিদে। অতৌবদা, মরা-মরা' হায়না শোনবা তম্বিখি. চহি লিশিং কয়া লেপ্পা লৈতনা রাম নামবু শোন্দুনা, লেঙদনা ফমদুনা লৈখি অমসু অসুম্না তৌবনা মাগী হকচাং অদু লৈশোগী লৈপুঙ অমা ওইখি। মরম অসিদগী বাল্মীকি হায়বা মিং অসিবু ফংখি। সিদ্ধি ফংলবা মতুংদা বন্দা বাল্মীকি অচিকপা পুন্সি লেনখি। বাল্মীকিদি মুণি অমসুনি অদুগা ঋষি অমহুনি; রামায়ণ লেংবা মরমগী বাল্মীকিনা কবি ওইখি।

---

# ছৈরাংবা

বাল্মীকি মুনিগী আশ্রমনি।

নোংমগী অয়ুক্তা নারদ মুনিনা আশ্রম অসিদা লাক্লম্মী। মতিকচাবা সন্মান ফংবগা লোয়ননা দেবর্ষি আসনদা লেঙশিনখ্রে।

বাল্মীকিনা হংলম্মী, "দেবর্ষি! মরোল অহুম খঙলবা নারদ মুনি! পৃথিবীদা লৈরিবা অথোইবশিংগী মরক্তা, হৌজিক্কী মতম অসিদা মগুণ চেনবা, মথৌনা ফবা, ধর্ম্ম লৈবা, তৌবিমল খঙবা পুকচেল্লা মহাক্কী ওইবা, অচুম্বা ঙাঙবা, ব্রাশক চেৎপা, মহাক অদু কনানো তাকপিসি ঐঙোন্দা।"

"ফজবা লমচৎনা মহাক্কী ওইবা, পুন্নমক্তা থৌজাল হৈবা, অশিংবা, তৌবঙম্বা, য়েংবদা পেন্না ফজরবা তাকপিয়ু মহাক অদু কনানো। মশানা মশাগী মপু ওইবা, অশাউববু জয় তৌরবা, মঙাল লৈবা, কল্লক মিহৌবা য়াওদ্রবা, লালগী মতমদা মহাক্কী অচুম্বা অশাউবনা

হৌগৎলক্লবদা স্বর্গগী লাইয়াম খিবিরুস্থ কিনবা, মহাক অদু কনানো তাকপিসি ঐঙোন্দা। মসি ঐনা দেবর্ষিদগী তাবা পামজে; অনিঙবগী খোৗরাংবা অসি অস্নুক্কী মতিক কনথ্রে। বেদ খঙলবা, তপ্‌তা পুক্নিং লুপ্লবা, মহৈ হৈবশিংগী মরক্তা অথোইবা মহামুনি! তাকপিসি হংজরিবসি ঐঙোন্দা।"

রাহৈশিং অসি তাববদা, নারদ মুনিনা মহাক্কী অংককপগী মশক ওইরবা শক্তিনা মরম ওইরদুনা খঙলম্মী—করি মরমগীদমক বাল্মীকি মুনিনা অসিগুম্বা রাহংশিং অসি হংলিবনো হায়বদু। মসিদা পেল্লদুনা নারদনা হায়খি, "মুম্না তাবিসি মুনিবর! খঙবিনিঙলিবা পুম্নমক অদু হায়জগে। মুনিনা শিঙথানবিরিবা গুণশীং অদু মশিং য়াম্বা অমদি অথোইবনি। বুদ্ধি তৌনা ঐনা হায়জরগে পুক্নিং চঙনা তাবিরসি।"

"মুনিনা তাকপিরিবা অথোইবা গুণ খিবিক্না ত্তিল্লবা থ্লৌনাফবা অমদি অকনবা মহাক অদুগী মমিং মীওইবশিংগী মরক্তা রামচন্দ্র হায়না খঙনৈ; ইক্ষ্বাকু বংশদা পোকপনি। মহাক্তি মশানা মশাবু লাকশিনবা ঙম্লবা, থোইদোক-হেন্দোক্লা থৌনা ফরবা, মতিক-মঙাল চেল্লবা,

লেঙদ্রবা, বুদ্ধি লৈবা নীতি কায়দবা, রা ঙাঙবদা হৈশিং-লবা, লস্ত্রমগী রাংপা লৈত্রবা, প্রজাগী নুঙাই-য়াইফনবগী মরমদা পূক্নিং লূপ্লবা, মিং চৎলবা, চঙখোম্না জ্ঞান লৈরবা, শুদ্ধাৎনবগী মশক ওইরবা, হায়জ-চঙজরক্লিবা মীবু ঙাক-পদা থরায়া য়াওরবা, থরায়পানবা পূম্নমক ঙাক-শেল্লিবা, ধর্ম্মবু য়োকখৎলিবা, সমুদ্রনা তুরেলশিংগী চঙজফম ওই-বগুম মতম পূম্নমক্তা অফবা মীশিংগী চঙজফম ওইরবা, অচৌবা শাগৈদা পোকপা, অচৌবা ফমগী খ্বাইদগী হেন্না ফবা অচৌবা মী ওইরবা, মীচঙ-মীখায় নাইদ্রবা, মতম চূপ্পদা নুঙাইরবা, অসিদা নত্তনা অফবা গুণ থিবিরা তিল্লবা, মমা ইবেম্মা কৌশল্যাগী হরাও নুঙাইবা হেন-গৎহল্লবা, মীথোই মীহেল্লবা রামচন্দ্রনি। লুবদা সমুদ্র, লেঙদবদা হিমবান, থৌনাফবদা বিষ্ণু অদুগা মায়থোং মুংশিবদা থাক্রগা পান্দম ওইরবা মরাংকায়বদা কুবেরগা মান্নরবা, অমসুং অচুম্বা চৎপদা অতোপ্পা ধর্ম্ম অমগুম্নবা মহাক্নি রঘুবংশদা পোক্লবা শ্রীরামচন্দ্র।

নারদ মুনিনা মসিগী মতুংদা রামগী য়ারী অসি বাল্মীকিদা শন্না লিরম্মী। য়ারী লীবদা থোইদোক্না হৈরবা নারদনা রামায়ণ লীবসি তাবা লোইরবদা বাল্মী-কিগী পুক্নিং অদু য়ারী অসিদা লুপথ্রে। নারদনা আশ্রম

থাদোক্নুনা চৎথ্রবা মতুং কাইনথং ফাওবগা বাল্মীকিগী থম্মোয়দি রামায়ণগী রারীদা মপুং ফানা লুপ্ত্নুনা লৈখ্রে।

রামায়ণগী রারী অসিদা পূক্রিং অনি লোঙদনা থন্দুনতা লৈখ্রবা বাল্মীকি মুনিনা অয়ুক্কী ঈরু-মায়থক্কবনচিংবা তৌননবগীদমক গঙ্গা তুরেন্দগী থোইনা থাপ্তুনা লৈবা তমসা তুরেলগী মপাল তাম্না চৎলম্মী। অমুম্না মুহুক্কা তোর্বান তাম্না চৎলিঙৈ মতম অসিদা তমসা তুরেন্দগী থোইনা থাপত্রবা মক্কম অমদা উ-পাম্বী অমা হৌবা উরম্মী। উ অদুদা তোংলদুনা মুংশিনরবা ঙামু-থঙোং লাবা-অমোম অনিনা হরাও-মুঙাই মথোই কানা. থম্মোয় পেম্না, খোয়থূম্নমা শান্নমিন্নদুনা লৈবদু বাল্মীকিনা উরুরে। উচেক লাবা অমোম অনিদু মথোয়গী মুংশিনবগী অমম্মং পুন্সিগী মপুংফারবা মুঙাইবা ফোংদোক্নদুনা পেম্না মুঙাইনা খোয়থূম্নমা অমগা-অমগা থাদোক্নবা লৈতনা শাগোম্নমা ঈশৈ শকমিন্নদুনা লৈরম্মনি। অমুম্না থম্মোয়-থম্মোয় তিন্নমা তৎন-থানবা লৈতনা শাগোম্নমা শান্নদুনা লৈরিঙৈ মতম অসিমক্তদা, ইথঙ থঙহৌদনা, পাপ চেনবা থবক তৌবদা থরায় য়াওরবা অদুগা মহৌশাগী ওইনা চেম্নরবা মুংশি হৈত্রবা শাজৎনা মহাক্কী ওইরবা, শাদানবা অমনা ঙামু-থঙোং লাবা-অমোম অনি অদুগী মরক্তগী লাবা অদুবু

ভেন্না থাদুনা হাপ্তোক্লম্মী। উচেক অমোম অদুনা, লাবা অদুগী মশা পুম্নমক ঈনা পুমঙাঙ ঙাঙনা চোৎলদুনা মালেম লৈমায়থক্তা শিরমদাইগী ওন্ন-থোইনা লৈবদু উরবদা মীনুংশি থঙলবা থস্মোয় অদু খাঙবা ঙমদ্রদুনা অরা তেংথা-নাওইনখি।

ঋষি বাল্মীকিনা থোদোক পুম্নমক অসি মাঙমক্তদা থোকপা উরবদা ধর্ম্মাত্মা ওইরবা থম্মোয়নুংদা নুংশি হৈবগী অরাবা পোকখ্রে। উচেক অমোম অদুনা মীনুংশি পোকহন্না তেংথা-নাওইনবদু উরুরবদা অদুগা মহাক্কী মীনুংশি থঙলবা মহৌশানা থোকখিদ্রবা থোদোক অদুগী অধর্ম্ম ওইবা অরানবা অদু থঙলদুনা (মথাগী) অসুম্না শাপ তৌখি—

হে শাদানবা নহাক্না, চেক্না অনি হাৎলুদৈ,
ঙাম্নু-থঙ্গোং ল্লাবা 'মোম নুংশি শাপোন-নরিদৈ,
লৈররোইদো নহাক্কী, লোইনাইদ্রবা কুমজাদা,
থৌজাল হৈবা মীংচৎনা, থোইনা শাংবা পুন্সিদা।

অসুম্না বাল্মীকি মুনিনা হেক হায়দোকপা লোইবা মীকুপ অদুমক্তদা মথাভানা রাখল থম্বরম্মী অদুগা মহাক্না করিগীদমক অশাওবা কোঙদোক্লম্রিবনো হায়বসিদু

খল্লুবদা অঙকপা পোক্লম্মী, "উচেক অসিগীদমক্তুদা ঐনা অরাবা পোক্তুনা হায়দোকখিব্রা অসিবু করিগীনো? শাদানবনা নুপা অসিবু শাপ তৌনবগী ঐগী করি অধিকার লৈবগে? পূক্লিংগী খঙহৌদবা ঈথক্লা ঐবু করন্না মীনম্বা ওইখিব্রনো!"

হৈশিংলবা মুনিনা রাখল অসি খল্লুবদা খঙলক্লে—"ঐনা নুংশি হৈবগী অরাবা পোক্তুনা হেক হায়দোকখিব্রা রাহৈশিং অসি মপুং ফারবা ছন্দ অমসুং তাল য়াওই। ঐনা মীনুংশি হৈবা অরাবা পোক্তুনা হায়দোকখিব্রা ছন্দ, তাল কায়দ্রবা রাহৈশিং অসি শ্লোক অমা ওইবা নত্তুনা অতৈ করিস্ত ওইরল্লরোই। থোকখিব্রা থোংথোক অসি ঈশ্বরগী খঙতমদ্রবা অথূপ-অরোনবা লিলাগী শক্তক অমনি।"

রাখল অসি খন্ন-খন্না মুনিনা তমসা তুরেলগী মপান্দগী আশ্রম তান্না হল্লকখি। আসনদা ফমদুনা থোকখিবা থৌদোক অদু ধ্যান তৌদুনা লৈখ্রে। মতম অসিদা মরোল অহুম্বু শেম্বিবা, মশানা মশাগী মপু ওইজবা, মায়থোং মরি পানবা ব্রহ্মানা বাল্মীকি মুনিনা ধ্যান তৌরিবা আশ্রমগী মফম অদুদা লাক্লম্মী অদুগা মোমোন নোকপা মায়থোংগা লোয়ননা অথোইবা মুনিদা অস্তুম্না খঙহল্লম্মী,

"মুনিবর! নহাক্না থাঙ্গৈশেংনমক শ্লোক অমা শেম্রে; মসিদা মথাতানা থডনিঙনা থম্বরুবগী কান্নবা লৈত্রবনি। অরাবা (শোক) দগী শ্লোক হায়বসি থোরকপনি, অদুগা মহৈগী মবেম্মা সরস্বতীনা চোংথোক্লক্লিবা অসিমক ঐগী নিঙবগী মতুংইন্না ওইখিবনি; মসিমকস্থ মুনি, প্রভু শ্রীরামচন্দ্রগী রারী ইনবগীদমক ওইখ্রবা থৌদোক্নি। হায়দোকখিবা শ্লোকী ছন্দ অমসুং তাল অদু কান্নদনা মুনিনা রামায়ণ শীবিরগদবনি নারদ মুনিদগী তাবিখ্রবা শ্রীরামচন্দ্রগী রারী অসি ঐথাক্কী আশীর্ব্বাদকা লোয়ননা জগৎ-সংসারগী কান্নবগীদমক শকপিরম্মী। চীংশিংনা লেঙদনা লৈরিমখৈ অদুগা তুরেন্না পৃথিবী লৈমায়থক্তা চেল্লিমখৈ রামায়ণগী রারী অসিনা মীওইবগী মরক্তা লী-নদুনা অদুম মরৈরগনি অদুগা রামায়ণনা মীওইববু পাপ পুন্নমক্তগী কনবিগনি।"

বাল্মীকি মুনিনা মহাক্কী শিষ্যশিংগা লোয়ননা, অরা-বদা হায়দোকখিবা শৈরেং (শ্লোক) অদু হঞ্জিন-হঞ্জিন শক্তুনা চিনফা পুরম্মী; অদুগা শৈরেং অসিগী নমুনা অসি মহাক্কী থম্মোয়নুংদা মরাচেৎনা লেপহল্লবা তুংদা মহর্ষি নারদনা হান্নদা লীখ্রবা রঘুবংশগী রারী অসি থম্মোয়দা লেঙদনা চুখ্রবা ছন্দ তাল অদুদা ছৈরাংখি।

মতুংদা মুণিনা মহাক্কী শিষ্যশিংদা তম্বিদুনা শকহনখি ; মমৈথংদনা, শ্রীরামচন্দ্রনা পোক্লবা, ধর্ম্ম খঙলবা, মীংচৎ লৈরবা, নিংথৌগী মচাইবুঙো লব-কুশ মচিন-মনাও অনিদা তম্বিখি। বাল্মীকি মুনিনা মহাক্কী আশ্রমদা নিঙথিনা য়পুংকানা তম্বিরবা রামায়ণ, লব-কুশনা অযোধ্যাগী মফম মফম খুদিং চত্তুনা মপান নায়দনা ফজরবা শৈশক-শৈহেক শৈদাদা তাইবং নিম্না শকখি।

---

# বালকাণ্ড

সরযূ তুরেল তোর্ব্বান্দা, পাক্ল-চাঙ্গ্ণা লৈরিবা,
লম্থু়ম রাংপা লৈত্রবা, মহৈ-মরোং চূম্নবা,
মুঙাই-য়াইফ' পাম্লিবা, কোসল্ কৌবা লৈবাক্লি
মী মরক্তগী অথোইবা, সূর্য্যবংশগী রায়েনবা,
মন্থু-বুদি কৌবনা লৈবাকসিগী কোম্নুংবু,
পৃথিবী শীম্না ফাওরবা, অযোধ্যাবু কৌববু,
শেমখিবনি নিঙথিনা, থোইদোক্লবু ফজনা।
চাওখৎনবা লাইরৈবাক, শোরারেম্না তৌবগুম,
মতীক-মণ্ডণ লৈরবা, লৈবাক চাওখৎ' পাম্নবা,
দশরথ নিংথৌনা, চাওখৎহনখি অযোধ্যা।

থৌনাফবা রায়েনবা, ধর্ম্মচেনবা নিংথৌনি,
মমিং চৎপা পাঙ্গনবা, রাজর্ষিনি অথোইবা,
মচা পোক্তবা নিংথৌনি, মচা ইবুঙো পাম্বনি।
নিংথৌ শাগে মুত্তবা, মতুং তানা লৈহোবা,
রাখল অসি খনবদা, লৈতাখিদরে পুক্লিংবু,
মচা পাম্বা 'সিতনা, ওইখরে অরা' পোৎলুম্বু।
মথৌখঙবা অশিংবা, বুদ্ধি লৈবা নিংথৌনা,
যজ্ঞ অমা তৌনবা, অকনবা পুক্লিং লেপ্তুনা,
রাজপুরোহিৎ ওইরিবা, অথোইবা মুনি বসিষ্ঠ,
মুনি ঋষি অতৈস্থ, পুম্নমক্কী মফমদা,
ইক্লাইখুম্নবা ভিত্তুনা, থোৎল-নৌর' রাহৈনা,
সভা মীয়াম তিনবদা, নোল্লুক্লনা হায়খরে:
ইচা পোক্তবা ঐহাক্কী ইচানুপা অমত্তং,
পোক্লীংবগী মুংন্যাংবা, পুক্লিং' শান্তি ফংদরে।
বেদ-শাস্ত্রনা তাক্লবা, কর্ম্মগী মতুং ইন্দুনা,
ইচানুপা পোক্লবা, যজ্ঞ অমা তৌনীংই।
বসিষ্ঠনা লুচিংবা, মুনি ঋষি খিবিক্লা,
দশরথ মফমদা, রাহৈ অসি হায়খরে:
দশরথ নিংথৌরেন, ইচানুপা পোক্লিংবা,
ফংলগনি লেপ্নমক, মুপাঙাক্তা পোক্লনি।

রাহৈ অমি তাবদা, নিংথৌ পুরিং পেন্দুনা,
শেংনা মুঙাইবা পোক্লুনা, মঙ্গল ওইবা রারোলসি,
ধর্ম্মচেল্ল' নিংথৌন্না, মন্ত্রীশিংদা হায়খরে ঃ
অমুক পনবা তৌদনা, গুরু য়াথং 'তুংইন্না,
হৌনবী কায়বা তৌদনা, যজ্ঞগী মকম শেম্বিসি।
নিংথৌ' য়াথং ঙাক্লুনা, ময়াম পূম্নমক চঙতুনা,
মাগী-মাগী মথৌদাং, পাঙথোকখরে নিঙথিনা।
থৌরাং পূম্বা লোইদুনা, বসিষ্ঠনা লুচিংবা,
মুনি ঋষি থিবিক্লা, যজ্ঞ তৌবা হৌখরে।
শাস্ত্রনা তাকপা 'তুংইন্না, যজ্ঞগী মত্তাং কায়দনা,
মৈফমদগী থোরক্পা, মনম চেল্লবা মৈখুদু,
স্বর হোনবদা নিংথৌনা, চিংশিনখরে পন্দনা,
পাপ চেল্লবা পূম্নমক, কোকখরে মতম অসিদা।
স্বর্গগী লাইয়াম থিবিক্লা, গন্ধর্বশিং লোয়ননা,
সিদ্ধ ফংলবা ময়ামমসু, মুনি ঋষি পূম্বমসু,
জগৎ শেম্বা ব্রহ্মাদা, অরুম্বা রাহৈ হায়খরে ঃ
ইকাইখুম্নবা হে ব্রহ্মা, নংনা পীবা বরনা,
রাবন কৌবা হিংচাবা, মাঙ্গী শক্তি থিবিক্লা,
ঐখোয় 'পুম্বা রাহল্লে, মাবু লাকপা ঙমদরে।
মঙ্গাল ঙৈবা থিক্লুনা, মুতমসিন্না থুংখরে,

ধর্ম্মদা পুক্লিং লুপ্লবা, তিল্লি' লাইয়ামদা হায়খরে:
কিবা পুম্বা থাদোকউ, য়াইফ-মুঙাই ফংগনি!
পুন্নমক্কী ফনবা, পৃথিবীসি ঙাক্তুনা,
মীওইবগী মরক্তা, লৈগনি ঐনা শোয়দনা;
ধর্ম্ম য়োক্লবা লানফমদা, দেবর্ষিশিংনা কিনবা,
মপুকশেংদবা তমথিবা, রাবণ নিংথৌ হাংকনি।
বর পীরগা লাইয়ামদা, আত্মা-মপু বিষ্ণুনা,
মীওইবগী মরক্তা, মশাগী পোকফম নিঙখরে।
থম্বাল লৈনা ঙমজবা, মিস্তানা মাগী ওইরবা,
ভগবান বিষ্ণুনা, শরুক মরি থোক্লবু,
থায়দোক্তুনা মশাবু, পোক্কেবুদি নিঙখরে,
দশরথ নিংথৌবু, বিষ্ণু পোকপা খনখরে।
মৈনুংদগী যজ্ঞগী, মপা লৈতনা ঙাল্লবা,
মতিক-মগুণ লৈরবা, পাঙ্গল কনবা অথৌবা,
থৌনাফবা অহেনবা, শকফম অমা থোকখরে।
শঙ্গোম-চেং-চিনি অহুম্না, তিন্নদুনা শেম্লবা,
স্বর্গগী ওইবা পায়স, থম্মা য়াওবা পাত্রবু,
পাম্বোম অনিনা কোন্দুনা, মতিক মগুণ লৈরবা,
দশরথ নিংথৌদা, কোয়না য়েংল্তুনা হায়খরে:
নিংথৌরক্তগী অথোইবা, লাইয়াম খিবিক্লা শেম্লবা,

ইচা-ইশূ পীনবা, লাইবকক্ষবা পুরকপা,
হকচাংক্ষবা ওইহনবা, পায়স'সি লৌবিসি।
মহারাণী পুম্বদা, পীথকপিসি পায়স,
যেন্নহুনা খাক্তনা, থকমিন্নবা তাকপিসি।
ইচানুপা পোক্লবা, যজ্ঞ অসি ভোজমন,
নিংথৌ-নৈমা খিবিক্লা, ইচানুপা ঙাক্তবু,
নিংথৌরেনগী পোক্লবা, শোয়দনমক ফংবিনি।
দশরথ নিংথৌরেন, পেল্লহুনা তাবদা,
নোাল্লুকপগা লোয়ননা, পাত্র অদু লৌখরে।
শঙ্গায় কাদা চগুহুনা, কৌশল্যাদা হায়খরে:
ইচানুপা পীগম্বা, পায়স অসি লৌশিন্নু।
কৌশল্যাদি রাণীদা, পায়স তংখাই অমবু,
থোাইদোক্লবু হরাওনা, পীথকখরে নিংথৌনা;
সুমিত্রাদি রাণীদা, তংখাইগী তংখাই অমবু,
পুক্লিংবুদি মুঙাইনা, পীথকখরে পন্দনা;
কৈকেয়ীদি রাণীদা, লেমহৌরিবগী তংখাইবু,
হরাও-মুঙাই লোয়ননা, পীথকখরে নিঙথিনা।
দশরথ নিংথৌনা, রাখল মুম্না খন্দুনা
অমৃতগা মান্নবা, লৈহৌরিবা পায়স,
সুমিত্রাদি রাণীদা, পীথকখরে হন্নবু।

চিথদনা অস্সুম্না, দশরথ নিংথৌনা
নিংথৌ-লৈমা থিবিক্লা, পীথকখরে পায়স।
দশরথগী মচাশিং, ওইরবদা বিষ্ণুনা,
স্বর্গগী লাইয়াম পুম্বদা, ব্রহ্মাদেবনা হায়খরে :
কনবা-থৌবদা, পাঙ্গন্দা, ইশা-ইশাগা মান্নবা,
বানর ওইবা শকওংদা, ইচা থিবিক পোকপীয়ু।
ব্রহ্মাগী য়াথং 'তুংইন্না চিথদনা লাইয়াম্না,
বানর ওইবা শকওংদা, পোকহনখরে মচাশিং।
লোইরবদা যজ্ঞবু, দশরথ নিংথৌনা,
মচানুপা ভাক্তবু, পোক্লগদবা অতুগী,
থম্মোয় পেন্না মুঙাইনা, রাখলখন্দুনা লৈখরে।
মাপন্নি পানবা শজিবু, শুক্ল-নবমী চৈত্রগী,
পুনর্ব্বসু নক্ষত্র, কর্কট-লগ্ন ওইবদা,
কৌশল্যাদি রাণীনা, গুণ থিবিক্লা তিল্লবা,
থোইদোক্লা লাইবক ফরবা, বিষ্ণুগী তংখাই ওইরবা,
ইক্ষ্বাকু বংশ য়োক্লবা, রামচন্দ্র পোকখরে।
বুদ্ধি লৌশিং চঙখোনবা, থোইনা থৌনা লৈরবা,
ভরতবু কৌববু, কৈকেয়ীনা পোকখরে।
সুমিত্রাদি রাণীনা, অহানবদা লক্ষ্মন,
মথঙদনা শত্রুঘ্ন, ফাইবোক ওইনা পোকখরে।

দশরথ নিংথৌগী, মহাত্মা ওইবা মচাশিং,
মতীক-মগুণ লৈবনি, মান্নবা শকক্তম ওইবনি,
মচাশিং পোকপা হুমিংনা, তরামাথোইনি শুবগা,
নামকর্ম্মা-মিংথোনবা, পাঙথোকখরে নিংথৌনা।
বশিষ্ঠনা অথোইবা, থোইনা মুঙাইবা পোক্তুনা,
কৌশল্যাগী মচাবু রামচন্দ্র থোনখরে,
কৈকেয়ীগী মচাবু মিংথোনখরে ভরত,
সুমিত্রাগী মচাশিং, অমবুনা লক্ষ্মণ,
অমবুনা শত্রুঘ্ন, মিংথোনখরে শুনবু।
লক্ষ্মী-ললবু থোইদোক্না, চাওখৎহনবা লক্ষ্মণ,
অঙাং ওইরিঙৈ কান্দগী, তাইবং-মুঙাই ওইহনবা,
ময়াম্বুং অহন রামগা, থোইনা লুনা লোয়নখি।
অতোপ্পা রামগী আত্মাগুম, রামনা পাম্বা থবকশিং,
য়াথং তাবদা পন্দনা, লক্ষ্মণনা পাঙথোকখি।
মতৌ অসুম্না শত্রুঘ্ন, লক্ষ্মণগী মনাওনা
ময়াম্বুংদি ভরত, থোইনা লুনা লোয়নখি,
পুক্নিদগী মশাগী, হেন্না-লুনা মুংশিখি।
ব্রহ্মা-দেবনা থোইদোক্না, লাইয়ামশিংবু মুংশি'গুম,
দশরথ মিংথৌনা, মুংশিরবা থোইরবা,
মচা মরি অহুবু, থোইনা হেন্না-মুংশিখি।

ধর্ম্ম চেনবা নিংথৌরেন, দশরথ মপাবুং,
মচা মরি পোকপগী, নুংঙাইবা পন্দোন লোমথরে।
মচা মরি অতুনা, ফাগৎলক্ল’দা পাথংবু,
মরি-মত্তা পুম্বগা, শাগৈ-গুরু য়াওনবু,
লুহোংনবা মচাশিং, থম্নথরে নিংথৌনা।
মহাত্মা ওইবা নিংথৌনা, মাগী মন্ত্রী খিবিক্কা,
লুহোংনবগী রাকস্ন, খন্নরিবৈগী মতমদা,
মতিক মগুণ লৈরবা, ব্রহ্মর্ষিদি অথোইবা,
বিশ্বামিত্র লাকথরে, রাজসভাদা চঙথরে।
থৌজানহৈবা নিংথৌনা, থোইনা নুংঙাইবা পোক্লুনা,
বিশ্বামিত্রবু অথোইবা, হৌনবী পূজা তৌদুনা,
রাজসভাদা ঋষিবু, হরাও-নুংঙাই ওকথরে:
ব্রহ্মর্ষিনা লেঙলকপা, থোইনা লাইবক ফবনি;
নোংনা ঈশিং ফংদ্রবা, মরুভূমিদা তাবগুম,
খোইথুম্নবা অমৃত, পেন্না থকপা ফংবগুম,
মচাপোক্লুবা মীদুগী, মতিকচাবী নুপীনা,
মতম কুইনগী মতুংদা, অফবা মচা পোকপগুম,
মপাম্নাইদ্রবা ল্মন-থুমগী, লোইনাইদনা নুংঙাইবগুম;
মাঙপ্রবা লল ফংবগুম, লৌবৈ ঋষিনা লেঙলকপা;
লেঙশিনবিসি অথোইবা; ব্রহ্মর্ষিগী আসন্দা।

হয়াওজরবা ঐহাক্না, ব্রহ্মর্ষিগী করম্বা,
পুক্নিংগী আশা অচৌবা, পাঙথোকচগনি তাকপিসি।
হে ব্রহ্মণ ধর্ম্ম চন্নবা, মতিক চাবা ওইরবা,
ব্রহ্মর্ষিনা লেঙলকপা, তশেংনমক ঐহাক্কী,
থোইনা লাইবক ফবনি, তাঙনা ফংবা তাঙ্গানি।
রাজর্ষি হায়া ওইরম্বা, ব্রহ্মর্ষি মিংথোল ফংলবা,
তপকী মতিক-মঙাম়. মগুণ লৈনা ঙান্নবা,
ব্রহ্মর্ষিবু অথোইবা, মখল-মথেল মওংদা,
ঐনা পুজা তৌজবা, মতিক চাবনি তশেংনা।
নিংথৌরক্কগী অহেনবা, দশরথ নিংথৌগী,
ঙক্না ফজবা রাতাশিং, তাবদা থোইনা পেন্দুনা,
থোইনা মঙাল লৈরবা, বিশ্বামিত্র ঋষিনা,
মুঙাইবগা লোয়নবা, নিংথৌরেন্দা হায়খরে:
মী মরক্কগী অথোইবা, দশরথ নিংথৌরেন!
সিদ্ধি কয়া ফংনবা, নিয়ম কয়া লেঙদনা,
অশোয়-অকায় য়াওদনা, চেকশিন্না ঐনা ইন্নিদো।
অসুম্না পুক্নিং লোঙদনা, ধ্যান-তপ তৌরিঙৈ,
য়াম্না লৌশিং লৈরবা, থোইনা থৌনা ফররবা,
ওইনিঙবা শকওং নিঙবদা, ওইবা ওম্বা হিংচাবা,
মারীচবু কৌবনা, সুবাহুগা লোয়ননা,

অপন-অথিং কয়াবু, পীরবেনে তমথিনা ।
হে দশরথ নিংথৌরেন, ঐগী পুক্লিংনা পামদেদো,
অশাউবা কয়া পোক্তুনা, ধ্যান-তপ কায়বদো ।
তপ তৌরিঙৈ মতমদা, শাপ তৌবসি য়াদেদো ;
ধ্যান-তপ ঙাকপদা, হিংচাবশিংবু হাংপদা,
থৌনাফবা ওইরবা, নচাইবুঙো অথোইবা,
রামচন্দ্রগী মতেংবু, ফংহনবিয়ু নিংথৌরেন ।
ঐগী দিব্য শক্তিনা, রামচন্দ্রবু ঙাক্তুনা,
অপন-অথিং পীরিবা, হিংচাবশিং হাংপদো,
থৌনাকবা মহাক্না, শোয়দনমক ঙমগ'ন ।
হিংচাবশিংনা তমথিবা, মায়োক্নবা রামবু,
করিগুম্বা মওংদা, ঙমগদবা নৈতেদো ।
হে নিংথৌরেন অথোইবা, মচা মুংশিবা অহুদা,
নিংথৌনা নৈবা লূপ্তুনা, মতিকচাবা নত্তেদো ।
মপা নৈত্রবা অথৌবা, মহাত্মা ওইবা রামগী,
মায়থীদ্রবা পাংগলবু, মুম্না খঙই ঐহাক্না ।
তপ তৌবদা লূপ্লবা, মতিক-মঙাল নৈরবা,
বসিষ্ঠনা লুচিংবা, মুনি-ঋষি খিবিক্না.
রামচন্দ্রবু অথৌবা, মশক খঙই তশেংনা ।
বিশ্বামিত্রনা হায়জবা, পাঙথোকপীযু নিংথৌরেন,

ধর্ম্মচেনবা নিংথৌগী, অক-মুঙাই ওইগনি,
অরা' রাখল পোক্লুনা, ধর্ম্মগী থবক কায়বিসু ।
বিশ্বামিত্র মুনিগী, রাশিং অসি তাবদা,
জ্ঞান মাঙন্থুনা নিংথৌনা, অসুম্মবু হায়খরেঃ
থম্বাল ঙমজবা মীগুনা, মাগী ওইবা রামদি,
নৌরিবনি চহিসু, তরাকরুক্কা মশুরি ;
লাম্থেংনন্থুনা রামনা, লাল্লোং-লান্সিন্দা নৌরিবা,
হিংচাবশিংবু মায়থীবা, পীবা ঙমগনি থাজদে ।
ঐনা মপু ওইরিবা, অক্ষৌহিনী পুম্বসি,
হিংচাবা মপৈ পুম্বগা, মতিক চাবনি লানবাবা ।
মুনিবর নহাক্কা, লাম্থেংননবা হিংচাবা,
রামচন্দ্র পুথিবা, মতিকচাগনি থাজদে ।
অঙাং ওইরি রামদি, মহৈ তম্বা লোইদ্রিদো,
অকনবনা করিনো, অশোনবনা করিনো,
নৌজরিবা রামনা, মশকপুদি খঙদ্রিদো ।
নিঙথিনা হৈত্রি তেনকাপ্পা, লামফমদা থোক্তি মহাক্কা
লালগী খুৎলায় শুনসু, তম্বীদ্রিবনি মঙোন্দা ।
রামচন্দ্র মচাবু, সুংশিবনা থল্লবা,
নিংথৌগী রাসি তারগা, থৌনাকবা অতপ্পা,
বসিষ্ঠ ঋষি অথোইবা, অসুম্মবু হায়খরে ঃ

ইক্ষ্বাকু কৌবা শাগৈদা, মতিক চাউনা পোক্লবা,
ধর্ম্মাবতার ওইরবা, থৌনা নৈবা অথোইবা,
মরাঙকায়বা ওইরিবা, তপ্পা-ঈংবা নিংথৌরেন,
অথোইবদি নহাক্লা, ধর্ম্ম থাদোকপা হায়বসি,
মতিকচাবা নঙ্গেদো, তৌহৈদবনি নিংথৌগী।
পায়রু' ঙমদবা মৈনবু, অমৃতবু ঙাকপগুম,
বিশ্বামিত্র মুনিনা, রামচন্দ্রবু ঙাক্লিহৈ,
রাংবদি মহাক্লা, লালগী খুৎলায় শুনবু,
শীজিন্নবা হৈরম্ম, হৈতববু ওইরম্ম,
হিংচাবশিংনা রামগা, মায়য়োক্লবা ঙম্লোইদো।
ধর্ম্মগী শকওং অদুমক, ব্রহ্মর্ষিনা ওইবনি,
অথোইবশিংগী মরক্তা, খ্বাইদগী থৌবা মহাক্লি।
জগৎ-সংসার অসিদা, বুদ্ধিলৈবা মরক্তা,
খ্বাইদগী হেনবা মহাক্লি, তপস্বী-নি অথোইবা,
অরোইবা লৈক্ষম তপ-গী, ওইরিবনি মহাক্লা।
মখল-মথেল খুৎলায়স্ম, লোইনা-শুনা হৈবনি;
মরোল অহুম অসিদা, থরাইপানবা পান্দবা,
কনানস্ম মহাকপু, মশক খঙবা ঙমদ্রিদো,
করিগুম্বা মতমদা, খঙলবস্ম ঙম্নরোই।
নচা ইবুঙো অহনগী, ফননবগীদমক্তা,

লাক্লবনি ব্রহ্মর্ষি, নিররবনি রামবু।
বসিষ্ঠনা অস্নম্না, হায়বসিবু তাবদা,
দশরথ নিংথৌনা হরাও-নুঙাই ফোঙহনা
রামচন্দ্র মচাবু, লক্ষ্মণগা লোয়ননা,
নিংথৌ নাক্তা লাক্লবা, পন্দনবু কৌথরে।
দশরথ মপাবুঙ, অমদি মমা কৌশল্যা,
পাঙথোকখরে অনিনা, ফত্ত' পুম্বা তাক্লবা,
অফ' পুম্বা ওইনবা, থবক থৌওং-পুম্ববু।
বসিষ্ঠ মুনি অথোইবা, মঙ্গল মন্ত্র শোন্দুনা,
রামগী য়াইফ' ওইনবা, আশীর্ব্বাদ পীবিরে।
দশরথ নিংথৌনা, বিশ্বামিত্র মুনিদা,
নুংশিরবা মচাবু, থম্মোয় পেন্না শিন্নরে।
মাঙদা লেঙলি মুনিনা, বিশ্বামিত্র ব্রহ্মর্ষি,
তুংদা ইল্লি রামনা, থোইনা মিংচৎ চাউরবা,
লিরুং তেন্দোং য়ান্দুনা, তুংদা থোগল্লি সৌমিত্রী।
সরযু কৌবা তুরেলগী খাবু-থংবা তোর্ব্বান্দা,
যোজন অমা মখাইবু, চৎলক্লবা মতুংদা,
থুম্লবা মিং 'রাম' বু, বিশ্বামিত্রনা কৌথরে :
নুংশিরবা হে অঙাং, পন্বা অমুক তোরম্নু,
থুত্তা লৌরো ঈশিংবু, ফংলো মন্ত্র পুম্বসে,

য়াওরবনি বল-স্থ, অতিবল কৌবস্থ,
মন্ত্রশিংসি কংল'দা, চোকথবা অমুক লৈররোই,
নিংথম-লাইহৌ তৌররোই, শক ওনবস্থ ওইররোই।
পৃথ্বি পুম্বা অসিদা, থুৎলায়' পাগল লানকমদা,
নঙগা মায়োক য়াঙম্বা, লৈররোইদো কনাস্থ।
মরোল অহুম অসিদা, নঙগা মান্নবা কনাস্থ,
লৈররোইনে হে রাম, রঘুমণি শবহেনবা।
ঈশিং অত্থ শোক্তুনা, শেংলত্নুনা শোকপদা,
হরাও-মুঙাই পুম্বনা, মায়থোংনরবা রামনা,
তাইবং জিব আত্মাগী, অথুপ্পা পুম্বা খঙলবা,
মহর্ষিদগী অথোইবা, বিদ্যা অনিসি তমথরে।
বিদ্যাসিবু ফংবদা, মতিক মঙাল লৈরবা,
রামচন্দ্রগী মপাঙ্গল, হেঙ্গত্তুনা থোইনবু,
শরৎ ঋতু মুমিৎকুম, মঙাল লিশিংনা ঙানথরে।
সরযূ তুরেল তোর্ব্বান্দা, রাম লক্ষ্মণ-মহর্ষি,
থোইনা হেন্না মুঙাইনা, পোত্থাথরে অহিংদু।
অঙনবা অয়ুক ওইবদা, বিশ্বামিত্র মুনিনা,
উনাগী কম্মুং থক্তবু য়াত্তাদুনা লৈরিবা,
রাম-লক্ষ্মণ অনিবু, হৌদোকথরে অস্নুম্না:
কৌশল্যানা পোক্লবা, দশরথ মপারী,

অয়ুক ওইরে মতমসি, হৌগৎলোনে মীথোইবা ;
নিতি খুদিংগী নথৌদাং, দেবকর্ম্ম পাঙথোক্লো।
থৌনাফবা ওইরবা, নিংথৌ মচা অনিমক্,
তারহনা মুনিগী, নিঙথিরবা রাহৈসি,
শেংনা স্নান তৌখরে, ঈশিং খুজোক কৎখরে।
কোক্তা জটা পুল্লবা, উকুবুদি শেৎলবা,
রাম-লক্ষ্মণ অনিনা, থৌরাংখরে চৎনবা।
কনাগুম্বা মীনম্ম, মমাঙচৈদা চল্লিবা,
অকি' শকওং ওইরবা, বন অচু উরগা,
মুনিবর মফমদা, রামচন্দ্রনা হংখরে :
বন অসি চঙঙম্বা, অচম্বা, বন নত্তেদো ;
তমথি' ওাক্ত' থল্লবা, কয়ম্বা বন ওইবনো!
মুনিরক্তা অথোইবা, থোইনা মঙাল লৈরবা,
বিশ্বামিত্র মুনিনা, অস্থম্নবু খুমথরে :
রামচন্দ্র নহাক্কী, অফ-মুঙাই ওইসনু!
অশিংবা শুন্দ মহাক্কী, তাড়কা কৌবী মুপীনি,
মারীচ্ কৌবা রাক্ষস, মথোয় অনিগী মচানি,
থোইনা কনবা ইন্দ্রগা, মান্নবনি পাঙন্দা।
ঐথোয় অহুম লাক্লিবা, লম্বী অসি থত্তুনা,
যোজন অমা মথাইদা, তাড়কা কৌবী লৈরিদো

রঘুকুলগী মণি-ও, মাগী বন অতুনা,
লৈরিবা মফম অদুদা, ঐখোয়না চৎপা তারিদো।
হে রাঘব নহাক্না, ঐগী বরগা লোয়ননা,
যণ-ব্রাহ্মণ পুম্বগী, নুঙাই-য়াইফ' ওইনবা,
থোইনা-হেন্না তমথিবী, হিংচাবীসি ফত্তবী,
মাঙন' থবক তৌবিসি, শোয়দনবু হাৎলুনে।
মী মবত্তগী অথোইবা, রামচন্দ্র নহাক্না,
নুপী হাৎলি হায়বগী, রানিঙঙাই করি লৈতেদো;
বর্ণ মরি লৈরিবা, নুঙাই-য়াইফ' ওইনবা,
নিংথৌগী মচা ওইবনা, পাঙথোকদবা থবক্নি।
তমথিবা থবক ওইসনু, অফবা থবক ওইসনু,
পাপ থরা চেল্লসু, দোষ থরা লৈরসু,
পাঙথোকদ' থবক্তি, প্রজা মীয়াম ঙাক্নবা.
প্রজা ঙাকপা নিংথৌনা, তঙাইফদ' পাঙথোক্নি।
বিশ্বামিত্র মুনিগী, নুপা থোকপা রাঙাঙসি,
তারবদা রামনা, থৌনাফনা খুমখরে:
অথোইবা মুনি ওইরবা, বিশ্বামিত্রগী য়াথংবু,
চিংন' পুম্বা থাদুনা, শোয়দনবু পাঙথোক্নি।
দশরথ নিংথৌনা, মহাত্মা ওইবা পাবুঙনা,
গুরুজনশিং' মমাঙদা, অযোধ্যাদা তাকপিখি:

মুনিনা তাকপা থৌদাংবু, পন্দনবু পাঙথোকউ।
পাবুঙ সনায়াথংবু, ঙাক্তবা য়াবা নত্ত্রেদো;
মপান্নাইত্রবা মগুণনা, লৈতেংলবা মুনিগী,
য়াথংবুদি ঙাক্লবা, থোরাং পূম্না লোইজরে।
থৌনালৈবা ৱাহৈশিং, ফোঙদোক্লবদা অম্নম্না,
য়েক্ল' মাঃহনবা রামনা, শিরুং 'য়াইদা খুৎনবু,
থোইনা চেৎনা পায়দুনা, তেঙ্গা থোংখরে পন্দনা;
অকিবা থো.ঞ্জল থোকখরে, অতিয়া পুম্বা নিনখরে।
থোইনা কনবা খোঞ্জেন্দু, মনাক নক্না তাবদা,
তাড়কা কৌবী হিংচাবী, শাউবনা মৈ হৌখরে।
তমথিরবী হিংচাবী, কিরবা উফুল মপৈবু,
অতিয়া'ক্তা কাওখৎনা, থোইনা তমথিনা লাও খোংনা,
রাম-লক্ষ্মণ অনিগী, মায়য়োক্তবু চঙখরে।
পান্দম চুম্না লংলবা, থোইনা য়াঙবা বজ্রগুম,
রাঘবগী মায়য়োক্তা. চেনশিল্লক্লিবী তাড়কা,
রামচন্দ্রগী তেম্নবু, থবাক ফাওনা লেংখরে;
হায়থখরে লৈমায়দা, থৱায় ল্যানখরে তমথিবী।
তাড়কাবু হাৎপদা, মহামুনি ওইরবা,
বিশ্বামিত্র অথোইবা, মুঙাইখরে পেম্নবু।
মতীক মঙাল লৈরবা, মুনিবর ওইরবা,

আশ্রমদুদা লৈরিবা, লেঙশিনখরে মুনিনা।
মনুঙ-মপান ইন্দ্রিশিং, খুদুম চল্লে' মুনিনা,
থোইনা পুক্নিং লৈতানা, যজ্ঞ তৌবা হৌখরে।
সুমিৎ তরুক্নি শুবগী, অথেঙবা অহিং ওইবদা,
মহামায়া ওইরবা, অনিখক্না হিংচাবা,
আশ্রম অদু তম্নবু, থুনা-য়াঙনা লাকখরে।
মারীচ কৌবা হিংচাবা, থোইনা তমথিবা সুবাহু,
ঈখঙ খঙহৌদ' অনিনা, লাকপদুবু উবদা,
থম্বাল ঙমজবা মায়থোঙনা, মাগী ওইবা রামনা,
ঙমখৈ লৈতে' শাউদুনা মারীচ থবাক তম্নবু,
মানবাস্ত্র কৌরবা, তেন অদুবু কাপখরে;
মতীক-মগুণ লৈরবা, শক্তি চাউবা তেন্দুনা,
সমুদ্রগী ঈথক্তা, মারীচবু লঙখরে।
লাইগী শক্তি লৈরবা, অগ্নেয়স্ত্র কৌরবা,
তেন অদুবু কাপ্তুনা, সুবাহুবু হাৎখরে,
লেংদুনা তেম্না থবাক্তা, লৈমায়থক্তা তুখরে।
যজ্ঞ থুগায়বা লাক্লিবা, হিংচাবা পুম্বা অদুবু,
হাৎলবদা রামনা, মুনি ঋষি পুম্বনা,
ঈকাইখুম্নবা উত্তুনা, রঘুনন্দন রামবু,
লানঙল্লবদা ইন্দ্রনা, লাইয়ামশিংনা থাগৎকুম,

মতীকপুদি চানবু, থাগৎখরে থোইদোক্লা।
যজ্ঞ লোইর' মতুংদা, বিশ্বামিত্র মুনিনা,
খুদোংথীবা অপুন্বা, লৈত্রবা মায়কৈ খুদিংদা,
কোয়না-কোয়না য়েংদুনা, রামচন্দ্রদা হায়খরে :
মতীক-মগুণ চাউরবা, খুৎলায় পায়বা হে রাম,
ঐনা পামজবা পন্থ ংক্ষম, হৌজিক্তি ঐনা ফংলেদো ;
নঙগী গুরুগী য়াথংসু, পাঙথোক্লেদো নহাক্লা।
মী মরক্তগী অথোইবা, রামচন্দ্র শকহেনবা,
মিথিলা কৌবা লৈবাক্কী, জনক কৌবা নিংথৌনা,
যজ্ঞ অমা চাউরবা, পাঙথোক্কদৌরি নিঙথিনা।
মুনি-ঋষি অপুন্বা, চৎকনি মফম অদুদা ;
মীথোই-মীহেনবা হে রাম, চৎসি নঙসু ঐখোয়গা।
মফম অদুদা নহাক্লা, উগনি লিরুং অমবু,
লিরুংলক্তগী অথোইবা, থোইনা ঙকপা লিরুংবু।
মুনিবরনা অসুম্না, পীরবদা য়াথংবু,
রাম-লক্ষ্মণ অনিনা, তুংইনখরে মুনিগী।
বিশ্বামিত্রনা মাঙদ'থা রাম-লক্ষ্মন্না তুংদ' ইন,
অরাং-নোংপোক মায়কৈদা, মথং-মথং লাকপনা
জনক নিংথৌ কোনুংদা, যজ্ঞ মফমদা য়ৌখরে।
বিশ্বামিত্র মুনিনা, থুংলববু তাবদা,

অমুক পনবা তৌদনা, নিংথৌগীদি পুরোহিৎ;
সতানন্দনা মাঙদ' থা, জনক নিংথৌ চৎখরে,
হৌনবী সম্মান তৌদুনা, মুনিবরবু ওবখরে।
খুৎপু অনি লোয়না হঙ্গৎখরে মুনিদা:
মুনিবর ঙথোক্কবা, মুনি খিবিক লোয়ননা,
যজ্ঞ তৌফম অসিদা, মিথিলাদা লেঙলকপা,
থোইনা লাইবক ফবনি, ধন্যনি নিংথৌ ইফমদা।
কোক্তা জটা পুল্লবা, অঙাং অনিসি কনানো,
খঙবা পামজৈ ঐহাক্না, পাঙ্গন্দা লাইগা মান্নবা,
থৌনাফবা অনিগী, তশেংবা মশক তাকপিয়ু।
রাজর্ষি ওইবা জনকী, রা অসিবু তাবদা,
বিশ্বামিত্র মুনিনা শক খঙহনখরে অনিবু:
দশরথ নিংথৌগী, মপারীনি অনিমক,
রামচন্দ্রনা অহন্নি, লক্ষ্মণ কৌবা মনাওনি,
মহাত্মা ওইবা অনিনি, থোইনা থৌনা ফবনি।
সিদ্ধাশ্রমদা লৈনবা, হিংচাবশিং হাৎনবা,
দশরথ নিংথৌদা, ঐনা হায়বা 'তুংইন্না,
মুনি-ঋষি ঙাক্নবা, লাকপনি মথোয় অনিমক।
অচৌবা লিক্নং নহাক্কী, খঙহনিঙ-উহন্নিঙদুনা,
মিথিলাদা অনিবু, পুরকপনি ঐহাক্না।

য়াসি তারগা জনক্না, মহামুনিদা খুমখরে :
হে অথোইবা মহর্ষি লিরূংলক্কগী অথোইবা,
মতীক-মঙাল লৈরবা, লিরূং অত্থু অসিনি ।
লিরূং অসিবু রামনা, তেঙ্গা থোংবা ওয়বা,
তাবিয়ু হে মহর্ষি, পীজগনি ঐহাক্না,
দশরথ মপারী রামচন্দ্র মঙোন্দা,
নাওপুনত্তনা পোক্লবী, ইচানুপী সীতাবু ।
জনকী রাসি তাবদা, ধর্ম্মাত্মা ওইবা মুনিনা,
রঘুমনি ওইরবা, রামচন্দ্রদা হায়খরে :
সুংশি থোইরবা হে রাম, য়েংউ লিরূং অসিদা ।
মুনি-য়াথং ফংবদা, রঘুনন্দন রামনা,
মী লিশিং লিশিং তিল্লিবা, সভা-মীয়াম মমাঙদা,
থোইনা তরাই-তরাইনা, লিরূং ময়ায়দা পায়খরে ।
মহাত্মা ওইবা রামনা, ইলায়-লায়না খুদক্তা,
লিরূং অত্থু কোন্দুনা, ওয়া তেঙা থোংখরে ।
মী মরক্কগী অথোইবা, মীংচৎ চাউবা রামনা,
অনিথোক্না লিরূংদু, থুদেকখরে ময়ায়দা ;
লিরূং অত্থু তেকপদা, অকনবা মখোল থোকখরে ।
য়া ঙাঙবদা হৈশিংবা, জনক কৌবা নিংথৌনা,
কিবা পুম্বা কোক্কুনা, খুবাম অনি লোয়না,

মুনিরক্তগী অথোইবা, বিশ্বামিত্রদা হায়খরে :
রামগী থৌনাফবসি, উজবেনে ভগবন্,
দশরথ মপারী, রামচন্দ্রগী মথৌনা,
থোইনা-হেন্না ঙকপনি, খল্লুদবনি ঐহাক্না।
ঐগী ইচা সীতানা, লাইবক ফবী ওইবনা,
পুনশি-থোঙলোয় ওইনবু, ফংজরবদা রামবু,
জনক শাগৈ অসিদা, অফ' মীংচৎ ওইরনি।
পীবিয়ু মুনি নয়াথং, অয়াঙবা দোলায় তোংদুনা,
অযোধ্যাদা থুনমক, চৎসনু ঐগী মন্ত্রীশিং ;
ঈকাইখুম্নবা রাহৈনা, ঐগী কোনুং অসিদা,
দশরথ পাঙ্গমবা, ধর্ম্মাত্মাবু ওইরবা,
অথোইবদি নিংথৌবু, পুরকসনু পন্দনা।
নিংথৌগী রাসি তাবদা, দুত খিবিক লৈরিবা,
শগোল কয়া থৌদুনা, অযোধ্যা লৈবাক য়ৌখরে।
লাইগুম্নবু ঙাম্নবা, দশরথ নিংথৌবু,
দুতশিংনা লাক্লিবা, উম্নখরে কোমুংদা।
থোইনা নোল্লুকপা উবুনা, খোয়থুম্নরবা রাহৈনা,
দুত খিবিক অদুনা, নিংথৌরেন্দা হায়খরে :
মিথিলা মপু জনকী, রা পুদুনা লাকচরি,
য়াইফ-নুঙাই অপুখা, হংজরক্লি নিংথৌদা।

বিশ্বামিত্র মুনিনা, য়াবিবগা লোয়ননা,
সুঙাইরবা য়াসিবু, পাউদমজরি নিংথৌদা।
রাজর্ষিদি জনক্না, পাঙথোকখিবা যজ্ঞনা,
লোইরক্লবা মতমদা, মহাত্মা ওইবা রামনা,
প্রজা মীয়াম মমাঙদা, লাই ওইরবা লিক্লংবু,
অনিথোক্লা ময়ায়দা, থুদেকখরে লায়নবু।
হে নিংথৌরেন পাঙনবা, দশরথ অথোইবা,
জনক কৌবা নিংথৌনা, হায়জরক্লি অস্থম্না:
মহাত্মা ওইবা রামদা, ইচা সীতা কৎচরি,
থৌনাফবগী মমল্লি, কন্যা ওইনা লৌবিসি।
চুত্তশিংগী য়া তাবদা, নিংথৌনা থোইনা হরাওনা,
বিদেহ লৈবাক তম্নবু, তম্না যাত্রা তৌখরে;
সুমিৎ মরিনি চৎলগা, জনক কোন্নুং থুংখরে।
দশরথ অথোইবা, অহল ওইবা নিংথৌনা,
লেঙলকপদু উবদা, মী মরক্তা অথোইবা,
জনক কৌবা নিংথৌনা, হরাও-সুঙাইনা হায়খরে:
হে রাঘব নিংথৌরেন, হরাও তয়াম ওকচরি,
নিংথৌরেন্না লেঙলকপা, থোইনা লাইবক ফবনি।
ফমফমলাংদা লেঙশিনসি, লাইবক ফবা ওইবিসি।
সুঙাইবা মতম তানজাদা, ইমৌ ওইবিয়ু কৎচরি,

রামচন্দ্রদা সীতাবু, লক্ষ্মণদা উর্মিলা।
ইচা-ইমৌ পুম্বগা, মুণ্ডাই-য়াইফ ওইবিসি।
কুশধ্বজগী মমোমলোই, কন্যা অনি 'সিবুস্থু
শত্রুঘ্ন'মদি ভরত, মচিন মনাও অনিগী,
কন্যা ওইনা লৌবিসি, অক্ষ-মুণ্ডাই ওইবিসি।
জনক কৌবা নিংথৌনা, হংগৎলবদা অস্থুম্না,
লৈতেং পুম্বনা য়োম্লবী, সীতা কৌবী মচাবু,
যজ্ঞগী মৈ মমাঙদা, ফমহনখরে নিঙথিনা;
রঘুমণি রামগা, মায়য়োক্লখরে বৈদেহী।
জনক কৌবা নিংথৌনা, কৌশল্যাগী মপারী,
রামচন্দ্রগী মফমদা, মচা সীতা কৎখরে:
থৌদাং খুদিং পাঙবদা, ধর্ম্ম পুম্বা তৌবদা,
ঐগী ইচা সীতাসি, লোয়নবীনি নহাক্কী।
শিন্নরবনি সীতাবু, রামচন্দ্র নফমদা,
লৌরো সীতা ইচাবু, তৎন-থানবা লৈরম্মু,
রাম নঙগী খুত্তুনা, পায়রো সীতাগী খুত্তুবু।
মপুম্বোইবা নিঙলবী, থোইনা লাইবক চাউরবী,
থাজবা পুম্বা য়ারবী, ওইগনি ইচা সীতাসি।
অরা-মুণ্ডাই পুম্বদা, পুন্সি থৌদাং পাঙবদা,
রাম নঙবু সীতানা, মমিগুম্না ইনগনি।।

জনক নিংথৌ রাজর্ষি, রামচন্দ্রগী থূম্বু,
হৈথখরে ঈশিংদো. শেংহল্লবা মন্ত্রনা।
স্বর্গগী লাইয়াম খিবিক্লা, হরাও-নুঙাই ফোঙখরে,
পুঙয়াম য়ৈবগী মখোন্না, পুম্নিন-নিনখরে অতিয়া,
স্বর্গদগী লৈগী নোং, নুহোংফমদা তাখরে।
শেংলবা ঈশিং লোয়ননা, মন্ত্র খিবিক শোন্দুনা,
মচা ইবেম্মা সীতাবু, পীরবদা রামদা,
হরাও-নুঙাইনা থূম্লবা, জনকনবু হায়খরে:
চঙলকউলাও লক্ষ্মণ, অফ-নুঙাই নঙগীনি;
লৌ নঙনা ঐগী উর্মিলা, পীরবনি নঙোন্দা।
উর্মিলাগী খুত্তুবু, পায়রো নঙগী খুত্তুনা
অমুক পনবা তৌরনু, লৌরো ঐগী উর্মিলা।
অস্থুন্নবু জনক, ভরত-দা হায়খরে:
রঘুনন্দন নহাক্লা, লৌ মাণ্ডবী কৌবীসি,
মাণ্ডবীগী থূত্তুবু, পায়রো নঙগী খুত্তুনা।
ধর্ম্মাত্মা ওইবা জনক, শত্রুঘ্নদসু হায়খরে:
পায়রো নঙগী খুত্তুনা, শ্রুতকীর্ত্তিগী খুত্তুবু।
ওনশিন্দুনা মরিদা, জনক-না হায়খরে:
কাকুৎস্থাগী শুথাংশিং নখোয় মরি লেপ্পমক,
নঙগী নঙগী মুপীগা, লোয়নদুনা লৈবদা,

শাজৎ-লমচৎ ফজবা, থৌদাং খঙবা ওইয়ুকো।
কন্যা মরিগী খূত্তুবু, পায়রো নখোয় মরিনা,
অমুক পনবা তৌরনু, শুভ-বিবাহ পাঃলসি।
মহাত্মা ওইবা নিংথৌগী, রারোল অসি তাবদা,
বসিষ্ঠনা তাকপিবা, মতুংইন্না মরিমক,
কন্যা মরিগী খূত্তুবু, মখোয় মরিনা পায়খরে।
বেদ-শাস্ত্রনা তাক্লবা, বিধি পুম্বা 'তুংইন্না',
দশরথ মপারী, মহাত্মা ওইবা মচাশিং,
রঘুমণি অথোইবা, মচিন-মনাও মরিমক,
সীতা-উর্মিলা-মাণ্ডবী-শ্রুতকীর্ত্তি মরিনা,
মথং-মথং তুংইন্না, যজ্ঞ॥ মৈ কোয়খরে ;
রাজর্ষিনা ফম্লিবা, মুনি ঋষিনা লৈরিবা,
যজ্ঞগী মফম অদুস্ত, কোয়না চত্তুনা মখোয়না,
বিবাহ-কর্ম্ম পাওখরে, পেন্নখরে পুম্নমক।
লুহোংবা মরি অদুগী, হরাও মুঙাই ফোঙদুনা,
জনক নিংথৌ কোম্নুংদা, পুম্নমক অহিং লেনখরে।
লেল্লবদা অহিংদু, বিশ্বামিত্র মুনিনা,
দশরথ জনক, নিংথৌ অনি মফমদা,
বিদায় লৌদুনা চৎখরে, অরাং মায়কৈ চীংশাংদা।
দশরথ নিংথৌরেন, অযোধ্যা মপু অথোইবা.

মহাত্মা ওইবা মচাশিং, লোয়নদুনা চৎখরে,
মুনি-ঋষি মাঙদ'থা, খোঙমী-লাম্মী তূংদ'ইন।
ভৃগু শাগৈদা পোক্লবা, জামদগ্নিগী মচাবু,
দশরথ নিংথৌনা, উন্নখরে লম্বীদা।
নিংথৌ শাগৈ মাঙহনবা, পরশুরাম অথোইবা,
য়েংবদা কিবা মায়থোংনি, কোক্তা জটা পূনবনি।
অকি'শকফম ওইরবা, মৈগী মতৌগুম ঙাল্লবা,
পরশুরাম উবদা, মুনি ঋষি খিবিক্লা,
খোয়থুম্নরবা মীংলেনবু রামনামবু শোনখরে।
পরশুরাম কৌরবা, জামদগ্নিগী মচানা,
দশরথ মপারী, রামচন্দ্রদা হায়খরে:
দশরথনা পোক্লবা, রামচন্দ্র নহাক্কী,
থোইনা ঙকপা থৌনাবু, তারে ঐনা শুগাইনা,
অচৌবা লিরুং থুদেকপা, মতুঙ্গ ঐনা তারেদো।
পুম্নমকসি তারদা, মতিক-মগুণ লৈরবা,
লিরুং অসি পুত্নুনা, মফমসিদা লাকপনি।
থোইনা হেন্না চাউরবা, অকি'শকফম্নরবা,'
জমাদগ্নিগী লিরুংসি, তেঙ্গা থোংউ নহাক্না,
উৎলু য়েংসি নথৌনা, কল্লি ঙাঙনবা নপাঙ্গন।
জমাদগ্নি মচাগী, রা অসিবু তাবদা,

দশরথ মপারী, রামচন্দ্র অথোইবা,
লিরুং লিরি তিংখরে, তেন পায়দুনা চিংখরে।
রামচন্দ্রগী থৌনানা, থোইনা হেনবা উবদা,
জমাদগ্নি মচানা, ঙমখৈ লৈতনা ঙকখরে।
রামনা থৌনা পাঙ্গন্দা, জামদগ্নি মচাবু,
থোইনা হেনবা উংখরে, পীকথহনখরে পরশু।
থম্বাল লৈনা ঙমজবা, মীত্তানা মাগী ওইরবা,
রামচন্দ্রগী মকমদা, জামদগ্নি মচানা,
মতেক-মতেক রাহৈনা, তপ্না ঈংনা হায়খরে:
রাম নঙনা লিরুংসি, পায়বা মওং উবদা,
খঙবা ঙয়ে ঐহাক্না, লাই মরক্তগী অথোইবা,
ময়খাই-থিনগাই ঙমদ্রবা, মধু হিংচাবা হাৎপদু,
য়েক্'পুম্বা মাঙহনবা, রামচন্দ্র নহাক্নি।
তাবিয়ু হে কাকুৎস্থ, ঈকাইবা নত্তে ঐঙোন্দা,
মরোল অহুমগী মপুনা, রামচন্দ্র নহাক্না,
ঐবু লৈখা তাহনবা, থৌজালবিবনি ঐহাকপু
রামচন্দ্র অথোইবা, রাশকচেৎপা নহাক্নি;
মপালৈত্রবা লিরুং-তেন, লাম্থোকপিরে নহাক্না,
মতীকচাবা থবক্নি, মরোল অহুম মপুগী।
লানবিরবদা নহাক্না চৎলগনি ঐহাক্না.

চৌংলক্তগী অথোইবা, মহেন্দ্র কোবা চীংদুদা।—
জামদগ্নি মচাগী, রা অসিবু তাবদা;
মতীক-মগুণ চাউরবা, চাওখৎ-সুন্তাই ওইরবা,
দশরথ মপারী, রামচন্দ্রনা অথোইবা,
পাইহনখরে তেন অদু, অরান'খুরম পীখরে।
জমাদগ্নি মচানা, মাগী তপ কয়ানা,
কংলবা লম অপুন্বা, রামনা মাঙহন' উবদা,
মহেন্দ্র কোবা চীংদবু, থুনা য়াঙনা চৎখরে।
চৌংলক্তগী অথোইবা, মহেন্দ্রবু কোরবা;
মফমদুদা চত্তুনা, চীরা ঈংনা লৈখরে।
পরশুরাম কোরবা, জামদগ্নি মচাদো,
চৎখরে হায়বা তাবদা, দশরথ নিংথৌনা,
হরাওখরে থোইদোক্লা, সুন্তাই-মথোম কাখরে।
রামচন্দ্র মচাবু, নিংথৌ মশামকপুস্ন,
অমুকহন্না পোক্লেবু, খন্দুনা নিংখোবেন,
দশরথ- পাঙ্গনবা, সুন্তাইখরে থোইদোক্লা।
খোঙমী-লাম্মী অপুন্না, যাত্রা তৌনবা হায়খরে,
থুনা-য়াঙনা চৎখরে, অযোধ্যা কোনুং য়ৌখরে।
মী মরক্তগী অথোইবা, থৌমাদা মপা লৈত্রবা,
কন্যা গুনা লৈয়বা, খুৎশু-খুৎলায় রাত্রবা,

মিথীলাগী মবুড়ো, জনক নিংথৌ মমোমলোই,
শকওঙ-শদাদা লাইগুম্বী, কজ' লমচৎনা লৈতেংবী,
লক্ষ্মীগুম্না ফজবী, সীতা কৌবী মতীবু,
রামগী থম্মোয়ম্মুংতুদা. সীতাবু কয়াম মুংশিবা,
খোইনা হেন্না থঙইদো, মপু নিঙবী ওইবনা ।



# অযোধ্যাকাণ্ড

দশরথ নিংথৌগী, ভরত কৌবা মচানা,
কৈকেয়ীদি মমাগা, পোকমিন্নবা মামগী,
যূমদবুদি চত্তুনা, মতমশাংনা লৈখরে।
মনাও ইবুঙো শত্রুঘ্ন, য়েক্ন'পুম্বা মাঙহনবা,
মুংশিনবা চান্নবা, ময়াম্মুঙগা লৈখরে।
মতীক-মগুণ লৈরবা, দশরথ নিংথৌনা,
যূমদগী থাপ্না লৈগ্রবা, থোইদোক্নবু মুংশিবা,
অথৌবা মচা অনিবু, ভোয়না ভোয়না নিঙশিংখি
মী মরক্তগী অথোইবা, মচা মরি অদুবু,
হকচাং'মদগী থোরকপা, পান্থোম মরি মজৌগুম,

লুন'-চান্না তৌজখি, রাজ'হেন্দ' মুংশিখি।
মচা মরি মরক্তা, মতিক-মগুণ লৈরবা,
দশরথ নিংথৌদা, মুঙাইবা পূম্না পুরকপা,
স্বয়ম্ভুগী মতৌগুম, জিবপুম্না মুঙাইবা,
পীদুনত্তা লৈরবা, রামচন্দ্র কৌবদো,
থোইনা হেন্না মুংশিখি, রঘুনন্দন ওইবদো,
মগুণ খিবিক অদুগী, মপানীংবা মতৌগী।
মপানীংবা রামনা, অথোইবা গুণ খিবিক্লা,
লৈত্তেংদু উবদা, দশরথ নিংথৌনা,
মন্ত্রী-মণ্ডল কৌখরে, রামচন্দ্র মচাবু,
যুবরাজ হাপ্পবা, পাউতাক কয়া লৌখরে।
প্রজা মীয়াম পুম্বগী, নিংথৌ মশামক্কীস্ত,
মতিক-মগুণ হেন্নবা, মুঙাই-য়াইফ ওইনবা,
পুকচেল খোইজেল তিন্নরা, মুংশিননা লৈনবা,
মতাংচাবা মতম্না, ওইরক্লবা অদুদা,
ধর্ম্মাত্মা ওইবা নিংথৌনা, তৌখিদরে পনববু।
পৃথ্বি মপু ওইরবা, মতিক-মগুণ চাউরবা,
দশরথ নিংথৌনা, মাগী রাজ্য সভাদা,
থৌজালহৈবা অফবা, ব্রাহ্মণ অসি হায়খরেঃ
ইক্ষ্বাকু নিংথৌ পুম্বনা, ডাকশেন্দুনা লৈরবা,

পৃথি পূম্বা অসিগী, অফ-মুঙাই জগৎকী,
মুঙাই-মাইক পুরকপা, নিংথৌনা ঐনা পাম্মীদো।
নিংথৌরেনবু ওইদুনা, মীয়াম পূম্বা অসিগী,
অফ-মুঙাই তৌরকপা, মন্থরক্লে হকচা সি।
রামচন্দ্র অথোইবা, ইচানুপা অহল্লি,
অথোই-অহেন মগুণবু, মাগীসু ঐগুম লৈবনি।
মী মরক্তগী অহেনবা, ধর্ম্ম য়োকপা অথোইবা,
রামচন্দ্র ইচাবু, যুবরাজ ফমথোন্দা,
হরাও-মুঙাই লোয়ননা, খনবা পাম্মী ঐহাক্না।
লক্ষ্মণগী ময়াম্মুং, লক্ষ্মী ললগী মপুনি,
মতিকচাবা রায়েনবা, রামনা শেংনা ওইগনি।
রামচন্দ্র ইচানা, ওইরবদা রায়েনবা,
তাইবঙদা তাংবা লৈঙাকপা, খ্বাইদগী ফবা রায়েনবা,
মরোল অহুম অসিনা, লেপ্না ফংজবা ওইগনি।
নিংথৌনা অসুম তাকপীবা, নিংথৌ খিবিক তিল্লিবা,
ফোংদোক্লুনা মুঙাইবা, অমত্তা ওইবা খোজেন্না,
দশরথগী মফমদা, ময়ামপুম্মনা হায়খরে:
মচাইবুঙো অহনবু, রামচন্দ্রবু অথোইবা,
যুবরাজ তাংবন্দা, লেঙশিনহনবিসি নিংথৌরেন।
থোইনা থৌনা ফরবা, রঘুবীর অথোইবা,

অথোইবা খুংলায় পায়রবা, থোইনা পাঙল কল্লবা,
অচৌবা শামু তোংলবা, রাজছত্র খনবদা,
মতিক-মঙাল লৈরবা, রামচন্দ্র অথোইবা,
যুবরাজ ফমখোন্দা, পামজে ঐখোয় পুম্বনা।
হে পৃথ্বি-মপু নিংথৌরেন, ঐখোয় পুম্বনা লৌজেদো,
রঘুবীর রামনা, ইক্ষ্বাকু শাগৈ অসিদা,
থ্বাইদগী থোইবা মহাক্নি, পুন্নমক্কী হেনবনি,
অফবা গুণ থিবিক্লা, মাগী ওইবা রামনি।
করি করম পাল্লিবা, মরি-মতাদা হংবগুম,
প্রজা মীয়াম পুম্বগী, অরা-মৃঙাই অপুম্বা,
রামচন্দ্র মহাক্না, মতমচুপ্পদা হংবিদো।
প্রজা মীয়াম থিবিক্লা, অরা অনা তাবদা,
মীয়ামগীবু থন্দুনা রামনা থোইনা রাবিদো।
উৎসব-মেলা থোকপদা, হরাও-মুঙাই মতমদা,
মপা ওইবনা তৌবগুম, হরাওইদো মহাক্না।
মীয়াম পুম্বা পেন্নরা, মরোল অহুম অসিবু,
রামচন্দ্র মাতনা, সাসন তৌবা ওম্বনি।
মরোল অহুম ঙাকপবু, ওন্নবদা রামনা,
পৃথ্বি অসি ঙাকপদি, করি অরুবা ওইগনি!
হে অথোবা নিংথৌরেন, দশরথ অথোইবা,

রামচন্দ্র মপারী, অশংবা থম্বাল কুচুনি,
য়েক্ন'পুম্বা মাওহনবা রঘুবীর নচানা,
যুবরাজ ওইবদো, ঐখোয় পুম্বা পামজৈদো।
অস্তুম্না সভা মীয়াম্না, নিংথৌরেনগী মফমদা,
ঈবাইখুন্নবা উত্তুনা, খুৎলোম্নদুনা হায়খরে।
প্রজা মীয়াম্না য়াবদা, পেল্লদুনা নিংখৌনা,
ব্রাহ্মণশিংগী মফমদা, রাফম অসি হায়খরে:
থোইনা মঙ্গল ওইরবা, চৈত্র কোবা থাসিদি,
মুঙাইবা মতম ওইরবা, থোইনা শেংবা থানিদো,
শীঙেল-লৈরাং খিবিরা, বন খুদিংদা শাৎলিদো।
রামচন্দ্র ইচাবু, যুবরাজ হাপ্লদা,
চঙবা খোরাং অপুম্বা, পনবা তৌদনা লোইবিসি।
অস্তুম হায়রগা নিংথৌরেন, মতিক মঙাল লৈরবা,
সুমন্ত্রগী মফমদা, নিংথৌ য়াথং পীথরে:
হে সুমন্ত্র নহাক্না, অমুক পনবা তৌদনা,
মহাত্মা ওইবা রামবু, মফমসিদা পুরকউ।
দোলাই মপু পুম্বগী, অথোইবা মপু ওইরবা,
রঘুবীর রামবু, সুমন্ত্রনা পন্দনা,
নিংথৌরেনগী মফমদা, পুরকখবে দোলাইদা।
মচানুপা পোক্লবা মপাশিংগী মরক্তা,

অথোইবা ওইনা লৈরবা, দশরথ নিংথৌনা,
মশামক্কী মশকপু মীংশেন্দা মমি তাগুম্বা,
নিংথিনা ফিজেং লৈতেংবা, রামচন্দ্র মচাবু,
মোমোন নোকপা সায়থোংনা, হবাও-তয়াম ওক্তুনা
রঘুবীরগী মফমদা, নিংথৌরেন্না হায়খরে :
রঘুনন্দন ওইরবা, রামচন্দ্র নহাকসি,
ঐগী মতিক চারবী, নুপী অহন্না পোক্লবা,
ঐনা থোইনা নুংশিবা, মতিক চারবা ইচানি,
মতিক মগুণ লৈরবা, অথোইবদি ইচানি।
নগুণ থিবিক অহুগী, প্রজা মীয়াম পুম্বনা,
রামচন্দ্র নহাকপু, থোইনা নুংশিনা পাম্নেদো,
মীয়াম পুম্বনা পাম্নবা, য়ানবগী তুংইন্না
অফবা মতম অসিদা, রঘুমণি নহাকপু,
যুবরাজ হাপ্লবা, থৌরাং পুম্বা তৌরেদো
থাঙ্গশেংনমক নহাক্কী, মহৌশানি নোঙ্কপা,
গুণ থিবিক্লা লৈতেংবা, রঘু শাগেগী মণিনি।
গুণ চেল্লবা ওইরম্বু, ঐনা থোইনা নুংশিবা,
ইচান্নুপা ওইবনা, মতম চুপ্লদা অফবা,
ওইগদবা অপুম্বা, ঐনা নঙোন্দা তাকনি।
খুহুম চনববু ইশাবু, হেন্না হেন্না শুম্নবা,

হোংনহুনা কয়বু, মতম লৈবখিবিক্তা,
ইন্দ্রি পূম্বা অসিবু, খুহুম চনবা ওম্মুদো।
ইন্দ্রিশিংবু লাকশিনবা, ওয়বদা নহাক্না,
কাম-ক্রোধ হায়বদি, পাম্বা-শাওবা 'সিদগী,
খুদোংথিবা অৱাবা, পোক্লকপা পুম্বা অহুবু,
মতম চুপ্লদা থাদোকউ, মুঙাই-য়াইফ ওইগনি।
মপাম্মোংদা ওইবগুম, মমুংদসু ওইহুনা,
খ্বাই'পুক্লিং পেমনা, লল-থুম পূম্বা লৈপাক্কী,
চাওখৎহন্দুনা থোইনবু, লৈপাক ঙাকুবা লাম্মীশিং,
য়ামহন্দুনা হেম্নবু, প্রজা মীয়াম অপুম্বা,
মন্ত্রী খিৱিক য়াওনবু, নঙোন্দবু চিংশিল্ল্।
লৈপাক ঙাকপা মহাক্না, মাগী প্রজা পুম্ববু,
মুঙাই-য়াইফ ওইহনবা, ৱায়েন চৈৱাক ইনহনবা,
নিংথৌ মাগী মতৌবু, লাইয়ামশিংনা স্বর্গগী,
অমৃত কংদা পেনবগুম, মকুপশিংনা হৱাওনৈ।
মৱমহুনা নহাকস্ু, ৱঘুবীৱ অথোইবা,
প্রজা শাসন ওয়বা, খুহুম চন্দুনা নশাবু,
নিয়ম কয়া ইন্দুনা, লিচৎ-শাজৎ শেমদোকউ।
ওসি প্রজা মীয়াম্না, মুঙাই-য়াইফ পুৱকপা,
লৈপাক ৱায়েন থৌদাবা, নঙবু পাম্নে ওইহনবা।

ম্বেক্ল 'কয়া মাঙহনবা, রামচন্দ্র নহাকপু,
যুবরাজ কমথোনবু, হয়েংদি ঐনা হাপ্পনি।
হৌজিক্তগী হৌহুনা, লেনগদবা অহিংসি,
রঘুমণি নহাক্লা সীতা কৌবী ইমোগা,
ইন্দ্রি পুম্বা খুহুমচন, কুশ মথক্তা হিপ্লিংঙৈ,
থোক্তনবা অপনবা, মায়কৈ খুদিং হোদনা,
মরুপশিংনা চেকশিন্না, ঙাক্তনিদো নহাকপু।
অসিগুম্বা থোদোকসি, অপন-অথিং কয়াবু,
থোকনিঙাইগী মশক্লি, চেকশিনবজনা শোইরোইদো।
ভরত কৌবা ইচানা, অযোধ্যাগী মপান্দা,
থাপ্পা লৈপ্ত্রিঙৈ মতমসি, অভিষেকপু তৌবগী
মতাং চাবা তাঙ্গাবি, অস্থুম্না ঐনা খল্লিদো।
ময়াম্বুঙ অহন তুংইনবা, ননাও ইবুঙো ভরত,
ধর্ম্ম কাইদ চৎপনি, থোইনা থৌজাল হৈরবা,
ইন্দ্রি খুহুম চল্লবা ধর্ম্মাত্মা ওইবা ননাওনি।
ওইহুনস্থ অহুমক, নিংথৌ ঐগী রাথন্দি,
মীওইবা হায়বা অসিগী, পুক্লিং-পুকচেল অসিদি,
লেপ্পা লৈবা নত্তেদো, মতম-মতমগী ওনবনি।
দশরথ মপারী, রামচন্দ্র অথোইবা,
অভিষেক্তা হয়েংগী, করি তৌবা হৌনবা।

তারবদা তাকপিবা, দশরথ নিংথৌগী,
চৎপা য়ারনি হায়বগী, ফংলবদা য়াথংবু,
মপাবুণ্ডবু খুরুম্মম্, মাগী লৈফমদা চৎপ্রে।
কৈকেয়ীগী ইমুংগী, মীনাইনুবী মন্থরা,
থৌরাং পূন্না অসিবু, মতাচানরুহ্না,
থাজগুম ঙাক্ল' কোন্নুংদা থেংনপ্রে লাকপদা,
রাংনা পাইবা ফিরাললশিং, লৈগী পরেং য়ান্নবা,
হরাও-নুঙাই লোয়নবা, প্রজা মীয়াম অপুন্বা
শিনবা থুংনা অযোধ্যা, থন্না লৈবা অহ্নবু,
উরবদা মন্থরা, ঙকপা পান্দোন লোমপ্রে।
মন্থরাবু কৌবীনা, থোইনা লাপ্না নত্তনা,
ধাত্রী অমনা লেপ্লহ্, উরবদা হংখিদো:
প্রজা মীয়াম পূন্বনা, মপান্নাইদনা নুঙাইবা,
অযোধ্যাদা হরাওবা, করিগীনো মসিবু!
অঙাং য়োকপী ধাত্রীনা, থোইনা হেন্না হরাওনা,
মন্থরা কৌবী নপোনবী, মাগী মফমদা লিপ্রে:
হয়েং নোংবু ঙাক্লগা, লাইবক ফবা রামবু,
যুবরাজ হাপ্লগী, থৌরাংবুদি তৌবনি।
পুক-ফত্তবী মন্থরা, ধাত্রীগী রা তার'দা,
পোথাহ্না লৈরিবী, কৈকেয়ীগী মফমদা,

পুনা-য়াওনা চত্তুনা, পাউ অহুবু তমগ্রে :
লেওখৎপিরো ইবেম্মা, অপঙবী ওইরে ভৌরিসি।
হৌজিক ফাওবা ফম্মুংদা. লৈথোকপিবা চুমদরে
লাইবক ফবীনি খন্দুনা, চাওথোক্না লৈবা য়াররোই।
ইবেম্মনা খল্লিবা, লাইবক ফবীনি হায়বহু,
নোংজুথাগী তুরেলগী, থোইনা কনবা ঈচেলগুম,
মরাচেত্তবা লেপ্তবা, ওইরগনি হৌজিক্তি।
দশরথ নিংথৌনা. রামচন্দ্র মচাবু.
যুবরাজ হাপগ্রে, অভিষেকপু তৌদোরে।
নঙনদি খঙদ্রি ইবেম্মা, নিংথৌ ওইবা মহাক্কী.
তমথিবা হায়বা অসিনা. রাজধর্ম্ম ওইবনি।
দশরথ নিংথৌনা. ধর্ম্মগী রা ঙাংলস্থ.
মরৌলৈবা হৈশিংবা, লৌশিংতৌবা নিংথৌনি।
তপ্পা-ঈংনা ঙাংলস্থ, ফত্তবনি পুক্নুংদা।
খম্মোইশেংবা অকবা, ধর্ম্মাত্মানি খল্লিবা,
মরম ওইহনা মহুনা, ইবেম্মনা থাজবা,
মাঙহল্লবনি নিংথৌনা, মমুং-মপান নাইরবা।
পুক-ফত্তবা নিংথৌনা, নচাইবুতো ভরত,
মরি-মতাগী মফমদা, অথাপ্পা লমদা থাগ্রগা,
অঙনবা অয়ুক ওইবদা, রামচন্দ্র মচাবু

অপন-অথিং লৈতনা, যুবরাজ হাপ্পনি।
মন্থরাগী রাসিবু, তারবদা কৈকেয়ী,
লৈতেংগী পোং অমবু, পীরহুনা হরাওনা,
থোইনা গুকপা ফোংহুনা, তাকপিন্রে মনাইদা :
হে মন্থরা নহাক্না, তন্নিবা পাউ অসিদি,
থাঙ্গৈশেংনা ঐগোন্দা, থোইনা-মুগাইনা থোকইদো।
ভরত কৌবা ইচাগা, রামচন্দ্র ইচাগা,
খেন্নবা করি লৈতেদো, মান্ননা নুংশি অনিবু।
ধর্ম্মচেনবা রাঘব, ধর্ম্মাত্মা ওইবা ইচানি,
শিক্ষা-গুরু খিবিক্না, ভক্তিরিবনি নীংথিনা,
তৌবিমলবু খগুলবা থোইনা থম্মোয় শেংলবা,
রঘুমণি ওইরবা, অচুম্বা গাগবা রামনি।
রামচন্দ্র ইচাদি, দশরথ নিংথৌগী,
ইচামুপা অহন্নি, যুবরাজ ওইবদা,
রঘুবীর রাঘব মতিক চাবনি মহাক্না।
ভরত কৌবা ইচাবু, ঐনা থোইনা নুংশিদো,
মহুদগী হেন্নবু, নুংশিরিবনি রামবু।
রামচন্দ্র ইচানা, কৌশল্যা কৌবী মমাবু,
নীংবা অহু হেন্নবু, ঐবু লুনা তৌইদো,
পোকপী-পোক্তবী থাগৎবা, ভক্তি লৈবা রামনি।

ওইরবদি লৈপাকসি, রামচন্দ্র ইচাগী,
ভরতকীসু ওইগনি, মচিন-মনাও ’মতনি।
রামচন্দ্রনা খল্লিদো, মচিনমনাও অপূবা,
রাম মশামক্তুম্না, তোঙানবা নত্তে নীংবনি।
কৈকেয়ীগী রাসিবু, তারবদা মন্থরা,
থোইনা রাবা ফোংহনা, মুংশামপি হোন্দুনা,
পুক ফত্তবী মহাক্না, কৈকেয়ীদা হায়খ্রে:
রামচন্দ্র মহাক্না, নিংথৌরেনবু ওইগনি,
মথংদসু ওইগনি, রাম মাগী মচানা।
শোয়দ্রবনি ইবেম্মা, নিংথৌ শাগৈদগীবু,
ভরত কৌবা নচাবু, তাঙ্খোকনি পঙ্গনা।
মরমহনা ইবেম্মা, নিংথৌকোন্দগী থাপ্লবা,
বন অমবু থিহনা, লৈহনবীখো ভরত।
মমাঙগৈঙগী মতমদা, লাইবককবী ওইবনা,
থোইনা মরা চেংনবু, চাউথোকচনা লৈবদো,
দশরথ নিংথৌনা, লুনা-চান্না তৌবদো,
ইবেম্মনা ওইখিবা নীংশিংহনা কৌশল্যা,
রামচন্দ্র পোকচবী, লোম্নবী ওইবী মহাক্না,
ভুক্কচ্চনা তমথিনা, লম্নন-খুবা শোয়রোইদো,
নিংথৌ পোকপী কৌশল্যা, মানা নীংবা পাঙগনি।

শীংথানররোই ইবেম্মা, খঙবিররোই কপানা,
নিংথৌ লৈমা ওইরম্ম, রানী পুন্সি লেল্লনি।
মন্থরাগী রাসিবু, ভাববদা কৈকেয়ী,
নুঙাইরবা ফম্মুংদে ওক থাঙ্গত্তুনা হায়খ্রে:
হায়য়ু তাসি মন্থরা, উপায় অমা পুথোকউ;
করি উপায় তৌহনা, ভরত কৌবা ইচান',
রামচন্দ্রগী মহুত্তা, নিংথৌ ওইবা ফংগনি।
রাণীগী রাসি তাবদা, মন্থরা কৌবী খোঙ্গী,
ফজ্রবদি লৌশিংবু, পুথোকখরে পন্দনা:
অশ্বপতিনা পোক্লবী, পাংবিয়ু রাণী কৈকেয়ী,
অমুক পনবা তৌদনা, অশাও' যুন্দা চঙবীয়ু,
অমোং' ফিজোল শেত্তুনা, অহাঙবা লৈপাকথক্তুদা;
অশাওবা নুপী অমগুম, হিপ্পুনবু লৈবিয়ু।
করি চিংনবা লৈত্তনা, দশরথ নিংথৌগী,
মুংশিথোইরবী তালোয়বু, ইবেম্মনা ওইবনি।
চাউরবা নিংথৌ মহাক্তা, ইবেম্মগীদমক্তা,
করি 'চিংনবা লৈত্তনা, থৈমুংদফাও' চঙগনি।
ইবেম্মবু শাওহনবা, নিংথৌরেম্মা ওমজদে,
ইবেম্মনা শাওরদা, অশাও 'রায়থোং য়েংঙমদে।
ইবেম্মগী পেম্মরা, ছেশংনমক নিংথৌনা,

মশামক্না থরাইকাও, থাদোকপবু ঙমগনি।
হিংচাবশিংগা লাইশিংগা, অহুইঙে লাল শোক্কে,
ইবেম্মদা নিংথৌনা, বর অনি পীবিখি।
বর অনিচু নিংথৌদা, নীংশিংবিয়ু ইবেম্মা,
থোইনা লাইবক ফরবী, খুদোংচাবনি লৌবিয়ু।
অহানবগী বরন', চহি তরা-মরিবু,
রামবু বন্দা থাবিয়ু, অস্নুম্নবু নিবিয়ু।
অনিশুবা বরনা, ভরত কৌবা ইচাবু,
পৃথ্বি-মপু নিংথৌরেন, ওইহনবীয়ু নিবিয়ু।
চহি তরা-মরিবু, রামবু বন্দা থাত্রিঙৈ,
ভরত কৌবা ইচানা, নিংথৌ খুভম ফংহনা,
মরাচেংনা পান্দুনা, মতুং কাইনথং ফাওবদা,
য়েক্ল-তিম্মং লৈত্তনা, লৈপাকঙাকপা ঙমগনি।
হৌগংলো রাণী হৌজিক্তি, অফ-মুঙাই থিহৌরো,
নিংথৌরেম্না লেঙলকপা, ঙাইহুনবু লৈবিরো।
মন্থরাগী বাসিদা, শুম্নাংথরে কৈকেয়ী,
বর অনি-নিদগী, থোরাং তৌহনা লৈখরে।
থোইনা মীংচৎ চাউরবা, দশরথ নিংথৌনা,
রামচন্দ্র রাঘব, রঘুশাগৈ মণিবু,
অভিষেক তৌনবা, য়াথংবুদি পীরগা,

ফজ-নুঙাইনা থল্লবা, কৈকেয়ীগী লৈফমদা,
নুঙাইবদু ফোংনবা, অঙোবা লৈচিল কুপ্লবা,
রাহু লোত্তুনা লৈরবা, অতিয়াদা থাজনা,
চন্ডবদুগী মতোগুম, নিংথৌরেম্না চঙখ্রে।
পাপ পুম্বা চেন্দ্রবা, অহল ওইবা নিংথৌনা,
পুন্সিদগীন্দু মশাগী, হেন্দোক্লবু নুংশিবা,
তংৌরবী নুপীনা, ফত্ত'রাখল লোয়ননা,
লৈমায়থক্তা হিপ্লদুদা, থেংনখরে মাঙদবু।
নহা ওইরিবী নৌরিবী, কৈকেয়ীগী মশাবু,
নিংথৌগী খুৎনা শোক্তুনা, করি মতৌনো হংখরে:
হায়যু তাসি হে রাণী, নঙনা পাম্বা করিনো।
পুন্সি অসি মাঙলস্সু, নঙগী নীংবা থুংনব,
পেম্না নুঙাইবা ফংনবা, ঐনা শোয়দনা পঙ্গনি,
রাশক্লিবা অসিনি, হায়যু পাম্বদু পাঙথোক্কে
সাক্ষীনি ঐনা পাঙখিবা, অফ'থবক পুম্বনা।
মতম খরদং ফাওবদা, মাবু উবা ফংত্রদা,
তশেংনমক ঐহাক্না, পুন্সি লেনবা ওমত্রবা,
রামচন্দ্র ইচাবু য়েংদুনা ঐনা রাশক্লি,
ঐনা রাশক ঙাকনি, হায়যু তাসি হে রাণী,
নঙনা পাম্বা করিনো, করি পাংঙু হায়বনো।

নিংথৌগী রাসি তাবদা, পেল্লহনা কৈকেয়ী,
নাক্তা লাকপা তমথিবা, অশিবগী মতৌগুম,
থোইনা তং থিবা অনীংবা, মাগী রাহু হায়খরে ;
নীংশিংবিয়ু নিংথৌরেন. পৃথ্বি রায়েন থৌদাবা,
মমাঙৈঙদা থোব খিবা, হিংচাবশিংগা লাইশিংগা,
অহুইঙে লান্‌ল শোক্লুইঙে. বর অনি পীবিখি,
মতাংচাবা লাক্লগা, নিজগনি থমজখি।
বর অনিবু হৌজিক্লি, পীবিরসি নিংথৌরেন,
নিজরি বর অনিবু. পূক্লিং চঙনা তাবিসি :
রাজাভিষেক অসিদা, ভরত কৌবা ইচাবু,
যুবরাজ কমথোন্দা, অভিষেক তৌবিয়ু।
তপসী অমা ওইনবু, লখিনবা রামনা,
চহি তরা-মরিবু, রামবু বন্দা থাবিয়ু।
কৈকেয়ীগী তমথিবা, রা অসিবু তাবদা,
দশরথ নিংথৌরেন, শাউবনা লুতোন কাখরে,
মৈহৌরবা মীতুনা, চাকহন্দুনা কৈকেয়ী,
তমথিরবী রাণীদা, অকনবা রাবু হায়খরে :
তমথিরবী কক্রবী, পাপ চেল্লবী হে নুপী,
রঘুশাগে মাঙহনবী, রামচন্দ্র ইচানা,
নঙোন্দা করি কত্তবা, তৌথিবগে হায়রুদো,

নিংথৌ ঐনা নঙোন্দা, মাঙন ' তৌখিবা লৈত্রা।
রাঘব মানা নঙোন্দা, মমামক্কুম্না অপোকপী,
ব্যবহারবু ত্তৌরগা, অসিগুম্না রামগী,
মাঙননবা অদ্ভুতা, নঙনা করিগী খল্লিবা:
লৈরিবা তাইবং পূম্বনা, রামগী মত্তিক-মগুণবু,
থাগৎনরিবসিদা, মাগী করি মরালগী,
নুংশিরবা ইচাবু থাদোকপা করম ' ঙমগনি।
কৌশল্যাবু নত্রগা, সুমিত্রাবু থাদোকপা,
নিংথৌ খুভম অসিস্থু, ইশামক্কী পুন্সিস্থু,
করি চিংনবা লৈতনা, লায়না থাদোকপা ঙমগনি:
মপাবুঙ ওইবা ঐহাকপু, লুনা-নুংশিনা ত্তৌরবা,
রামচন্দ্র ইচাবু, ঙম্লোই ঐনা থাদোকপা।
পৃথিনা নুমিং য়াওদনা, পাম্বৌনা ঈশিং ফংদনা,
ওইথোকপা য়াই লৈবদা, দশরথ ঐহাক্তি,
রামচন্দ্র লৈত্রদা, নিংথৌ ঐনা হিংবদো,
হকচাংদা থরায় লৈবদো, ওইথোক্তবনি লেপ্লমক।
পৃথি পূম্বা অসিদা, খোইথুম্নবা রাহৈত্তা,
ঙাঙলবা রাম ইচানা, করিগুম্বা মতমদা,
মুঙাইতবা ত্তাবদা, নুংশিদবা রা ঙাঙখিবা,
ঐনা নীংশিং ঙমদেদো, নুংশি ' রাতা ঙাঙবনি।

নুংশিরবা ইচাদা, রামচন্দ্র মঙোন্দা,
তমথিরবা থবক্সি, নঙগী মরমগীদমক্তা,
থরায় ওইবা রামদা, কররম্বা ঐনা হায়গনি।
নিংথৌ ওইবা ঐহাক্না, খুং অনিসি লোন্নদা,
হে কৈকেয়ী নঙোন্দা, খুরুমজনা হায়জরি,
নঙগী নখোঙ অনিস্তু, ঐনা শোক্লিবা অসিনি।
রামচন্দ্র ইচাগী, ওইবীয়ু নঙনা চঙজফম,
চন্দক্কী মতাং অসিদা, অধর্ম্মগী থবক্সি,
রাণী ওইবী নহাক্না, পৌহনবিনু ঐঙোন্দা,
রাণীগীবু মকমদা, হন্না-হন্না হায়জবা,
অদুগা চুমথৈ লৈত্রবা, দশরথ নিংথৌদা,
তমথিরবী কৈকেয়ী, থোইনা তমথিনা খুমখরে :
ধর্ম্মগী রাস্তু ওইসনু অধর্ম্মস্তু ওইসনু,
অচুম্ববু ওইরস্তু, চুমদববু ওইরস্তু,
নিংথৌরেম্না ঐঙোন্দা, রাশকপিখিবা অহুত্তা,
অহোংবা করি লৈতনা, পীনবিয়ু পন্দনা,
অতোপ্পা অমা পামজদে, নিজবহুত্তা কক্কগে।
মীথোই-মীহেনবা ইবুঙো, হে নিংথৌরেন তাবিয়ু,
ভরত কৌবা ইচাবু, ঐহাক ইশামকপুন্থু,
সাক্ষী ওইনা থমহুনা, রাশক্লিবা অসিনি,

বন্দা রামবু থাবিবা, অহু নত্তবা অতৈনা,
ঐনা অমুক নোহৈনা, পেনগদবা লৈত্তরে ।
রা অসিতং হায়রগা, কৈকেয়ী কোবী ফত্তবী,
তুম্মিন্নবু লৈখরে, তাখিদরে রা মথাবু ।
খোইনা রাবা খোম্থাংদা, নিংথৌরেন্না হায়খরে :
তাওনে রাণী কৈকেয়ী, খল্লু নঙস্সু ইবেম্মা,
রামচন্দ্র লৈত্রদা, ভরত কোবা ইচানা,
তশেংনমক মহাক্লা, অযোধ্যাদা পাল্লোইদো,
ধর্ম্মগী রাদা ভরত, রামদগীবু হেন্নবু.
মরাচেৎপা লেঙদবা, ইচানি খল্লি ঐহাক্লা ।
কৌশল্যা কোধী রাণীনা, মীনাইন্নবী অমগুম,
মরুপ অমগী মতৌগুম, ঐগী নুপী ওইনস্সু.
ইচন অমগী মতৌগুম, ইমাগী মতৌগুম্নস্সু.
ঐগী সেবা তৌইদো, মতম চুপ্পা মহাক্লা,
ঐগী ফনবা অহুত্তা, নীংহূনা লৈদো পুক্লীংদা ,
ঐনা খাইদগী সুংশিবা, ইচাস্সু মানা পোকপনি,
রাদা ঙাঙই ঐহাক্লী, সুঙাইনবা পেন্নবা,
মাগী মতৌ অসিগী, নিংথৌ ঐঙোন্দগীবু,
ঐনা লুনা তৌজমন, মতিক চাবা মহাক্লী,
নঙনা লৈবা মরম্না, ফংজদরে করিস্সু ।

অসিদস্ নত্তনা, মহাত্মা ওইবা রামনা,
অপীকপা আত্মা ওইরবা. ঐনা মরম ওইহনা,
পাম্নী-পুরৗগী ওইরবা, নিংথৌ খুভম অহবু,
ফংফমথোকপা ওইরস্, ফংদবদা তারেদো।
তশেংনমকস্ ঐহাকপু, মীওইবা জাতী পুম্বনা,
শাপ তৌরনি লেপ্পমক, ভাগুনরনি থীনবু ।
রামচন্দ্র ইচানা, রঘুমণি মহাক্না,
য়ানিংদ' রা ' মত্তবু ভাগুগদবা লৈত্তেদো,
বন্দা চংলু হায়বদা, পনবা তৌদ ' চংখিনি ।
ওন্ন-তৈনবা থবক্তু, মহু তৌবনা ঐভোন্দা,
তশেংনা পেনবা ওইরস্, ইচা রামনা তৌরোইদো ।
অশেংবা রাখল খনবনা, রামচন্দ্র মহাক্না,
ঐগী অশেংবা অনীংবা, খগুববুদি ভম্লোইদো।
বন্দা চংলু হায়বদা, শোয়দনা চংনি রামনা,
রামবু বন্দা থাবসি, ভরত মাগী অপাম্বা,
করিগুম্বা ওইরদি, ঐনা শিবা মতমদা,
সংস্কারবু তৌবদা, য়াওত্রসনু ভরত।
খম্বাল মানবা মীত্তানা, মাগী ওইবা রামবু,
ঐনা চীনসিনা করম্না, বন্দা চংলু হায়গনি।
কৈকেয়ী কৌবী হে রাণী, ভাকপিহৈবী ওইবিয়ু,

নঙগী খুদোল ওইনবু রামচন্দ্র ইচানা,
অমাঙ-অতা লৈত্রবা. লৈপাক অসি ফংসনু।
মীৎপাল মুবী ইবেম্মা, থৌজালহৈবী ওইগনি,
খ্বাইদগী রাংবা মীংচৎপু অস্থুম তৌবনা ফগনি
দশরথ ঐহাক্না রামচন্দ্র ইচানা.
পৃথিবী পুম্বা অসিনা গুরুজন খিবিক্না,
ইচানস্থু ভরত, পাম্বা পেনবা থবকনি,
চৌন্দা মীত্তা ফজবী, নীংবু চাওবা ইবেম্মা,
মন্থরাবু নীংথিবী. পাঙথোকপিয়ু নহাক্না।
মচাগীদমক রারবা দশরথ নিংথৌদা,
পাপ চেন্নবী কৈকেয়ী, তমথি ' পাউথুম পীখরে।
হে নিংথৌরেন নহাক্না. রাশক অমা ঙাকপগী.
অরা' শকফম লৌহুনা. পাপকী থবক ভৌবগুম,
লৈমাইথক্তা করিগী, ওম থোইনা লৈবগে।
রঘুশাগৈদা পোক্লবা, দশরথ নিংথৌরেন,
রাশক ঙাকপা অথৌবা; নীংহন্নবিনু হৌজিক্তা,
মপুং ফাবা থৌরাংবু, ভৌবিহুনা পীবিসি.
রাশকপিবা বরবু, পীনবিসি পন্দনা।
ধর্ম থঙবা মীশিংনা মতমচুপ্পদা হায়বনি,
সত্যম্ হি ধর্ম্মম্ পরমম্—'থোইবা ধর্ম্ম সত্যনি।

ঐনা নিংথৌদা হায়জবা, পাঙথোকপিয়ু ধর্ম্মবু,
নিংথৌরেম্না অথোইবা, অচুম্ববু ঙাকপিয়ু।
নুংশিবিহুনা ধর্ম্মবু, ঐনা হায়জবা তুংইন্না,
রামবু বন্দা থাবিয়ু, পংবা অমুক ত্তৌবিনু.
তশেংনমক ঐহাক্না, অহুম্নক শুরে হায়জবা।
তকশিল্লবদা অহুম্না, অনমকনবী কৈকেয়ী,
মহুপুবা লিলগুম্বী, ইকাই খুঙদবী মহাক্না—
পীথোকপ্পবা বরবু, মফমদগী ফত্তবী
ইন্দ্রদগী বলিনা, নাম্বোক' ঙমদবগুম্না,
দশরথ নিংথৌনা, ঙমখিদরে নাম্বোকপা,
অস্থুম্নবু রানবু, অহিং অহু হৌখরে,
ধর্ম্ম লৈবা নিংথৌগী, পম্হেংখরে অরাবা।
অয়ুক্কী মতম ওইবদা থোরক্লবদা নুমিৎনা,
গুণ খিবিক্না লৈত্তেংবা, বসিষ্ঠ কৌবা মুনিদো,
য়ৌরবদা অযোধ্যা, লেঙশিনখরে কোন্নুংদা।
মতম তাঙ্গা চানবু, দোলায় থৌবা সুত-ম
জগৎমপু ওইরবা, দশরথ নিংথৌদা,
নিংথৌ য়াথং পীনবা, হৌদোক্লুনা হায়খরে:
পুঙকম অসিমক্তদা, ইন্দ্রগী দোলায় থৌরবা,
মাতলি কৌবা মহাক্না, ইন্দ্রদেববু হৌদোকখি,

ভিংচাবশিংবু মায়থীবা. ইন্দ্রদেবনা পীখিদো.
চপমান্নবা পুঙফমদা, লেঙখৎপিসি নিংথৌরেন।
বেদ পুস্থা অহুগা, মরি লৈনবা বিদ্যাশিং,
অমত্তা ওইনা পূন্দুনা. হোদোকপঙুম ব্রহ্মাবু,
'সিগুম্বা' ক্ববা পুঙফমদা, হোদোকচরি নিংথৌরেন।
লেঙখৎলবদা নিংথৌনা, তাকপিখরে সূতদা :
পুরক্লোনে হে সূত, রামচন্দ্র ইচাবু।
তারবদা সূতনা. দোলায় থৌবা মহাক্লা,
কোনুংদগী থোকখরে. রাম লৌবা চৎখরে।
মতিক চানা নিংথৌনা, ইকাই খুম্নবা উৎলবা,
দোলায় থৌবা সুমন্ত্র. হায়খি রামদা অস্থুম্না :
কৌশল্যানা পোক্লবা. লাইবক ক্ববা হে রাম.
নিংথৌরেম্না উনিংই, মচাইবুঙো রাঘব,
লৌক্ল ঐহাকপু থারক্লি. লেঙনবা থৌরাং লোইবিসি।
রামচন্দ্র অথোইবা, থোইনা মঙ্গল ওইরবা.
থোক্লগদবা থৌদোক্কী. যুবরাজ হাপ্লগী.
নীংথিনা থৌরাং তৌহুনা. উম্মরল্লগা সীতাবু.
সুমন্ত্রগা লোয়ননা. লৈক্ষমদগী থোকখরে।
মরুপ-মপাং খিবিক্লা. খঙন-চাম্নবা পূম্বনা,
নুঙাইরবা থৌদোক্কী, হরাও-নুঙাইবা ফোংখরে।

মহাত্মা ওইবা রামনা, পূম্নমক্কী মকমদা,
মাগী মাগী মতিকী, ইকাই খুম্নবা উত্তুনা,
দোলায়থক্তা তোংহনা, নিংথৌকাদা লেঙখরে।
কোন্নুং য়োম্ন'দা রামনা, মপাবুঙনাক্তা চঙখরে,
দশরথ নিংথৌগী, পুক্নিং ৱানা হন্থনা,
থৱায় ৱানা লৈরবা, থেংনখরে মতৌহু।
মায়থোংস্তুক্রা নিংথৌন', অৱা' ৱাখল থন্দুনা,
কৈকেয়ীগা লোয়ননা, আসনথক্তা ফম্বদো,
মপানীংবা রামনা, উথরেনে মাঙদবু।
নোল্লুকপগা লোয়ননা, মহাত্মা ওইবা রামনা,
মপাবুঙগী খোঙদবু, খুরুমহনা নোম্নবু,
কৈকেয়ীদি রাণীস্তু, খুরুমহনা হায়খরে:
ঐনা থঙদনা তৌখিবা, করম্বা মরাল লৈহনা,
শাউবিবনো পাবুঙনা, তাকপিয়ুনে নিংথৌরেন।
রাণীনস্তু কৈকেয়ী, তপথহনবিয়ু নচাবু,
থঙজনীংবা রামদা, তাকপিয়ুনে অচুম্বা।
নিংথৌরেম্না অস্তুম্না, মায়থোং মকা লাঙশিনবা,
থোকখিত্রিদো মমাঙদা, করি মরম লৈবনো।
মহাত্মা ওইবা রামনা, হায়রবদা অস্তুম্না,
কৈকেয়ীদি রাণীনা, ইকায় 'পূম্বা থাদোক্লা,

মশাগী ওইজ' ফংনবা থোর' রাবু কায়খরে :
মপানীংবা হে রাম, শাউবা নত্তে নিংথৌনা,
রাবা মরম করিস্নু, নিংথৌরেনগী লৈহেদো।
নিংথৌরেন্না সুংশিবা, রামচন্দ্র নঙোন্দা,
নুঙাইত্রবা রাফম্নু, পাঙথোক্নবা হায়বদো।
থৌনা ফবা নিংথৌনা, চীন্না কায়দোকপা ঙমদরে
দশরথ নিংথৌনা কৈকেয়ীগী মফমদা।
রাশকথিবা অহুবু, রামচন্দ্র মহাক্না,
মপানীংবা উত্তুনা, শোয়দনমক পাঙথোকউ।
ধর্ম্ম চেনবা নিংথৌনা, রাশকথিবা অহুবু,
রাম নঙনা শোয়দনা পাঙথোক্কনি হায়রবা'
মপাবুঙগী হাশকপু, থুগাইরেইদবা, লৈরবা,
নিংথৌনা কাঙবা ঙমদ্রবা, রাবু ঐনা হায়জগনি।
কৈকেয়ীগী রাসিবু, তাররবদা রামনা,
নিংথৌরেনগী মাঙদবু, থোইনা রাবা ফোঙহনা,
ফত্ত' লৌশিং তৌরবী, রাণীদবু হায়খরে :
ভুক্কচনিঙাই ওইরবা, অসিগুম্বা রাঙাঙসি,
হে রাণী নঙনা ঐঙোন্দা হায়রোইদবা ওইবনি
নিংথৌ রাথং ফংবদা পনবা লৈজনা ঐহাক্না,
মৈহ্নুং চোংথৌ হায়রম্নু, চোংথগনি শোয়দনা,

হূ চাও হায়র' চাগনি, সমুদ্র চোংথৌ চোংথনি।
ভাকপিয়ু রাণী ঐঙোন্দা, নিংথৌ য়াথং অপাম্বা,
পাঙথোকনি ঐহাক্না, রাশক্লিবা অসিনি,
করিগুম্বদা রামনা, রাহে অনি ঙাঙদেদো।
কৈকেয়ীনা অপঙবী, পুকচেল তিংবা রামদা,
অচম্বতা ঙাঙলবা, রঘুশাগে মণিনা,
থোইদোক্লবু ভমথিবঃ, রা অসিবু হায়খরে:
মমাঙবৈগী মতমদা, রাঘব ইবুঙো,
হিংচাবশিংগা লাইশিংগা, অচুবৈ লাল শোক্লবৈ,
পাল্লবদা তেন্নবু, ঐনা কনখি নিংথৌবু।
পেল্লহুনা নিংথৌনা, বর অনি ঐঙোন্দা,
অপাম্বতা নিজৌবু, ভাকপিহুনা পীবিখি।
হে রাঘব হৌজিক্কি, বর অনিহু নিজরে,
অহানবগী বরনা, ভরত কৌবা ইচাবু,
যুবরাজ কমথোন্দা, অভিষেক তৌবিয়ু,
অনিশুবা বরনা, ঙসিমকপু পন্দনা,
দণ্ডকারণ্য কৌরবা, বন্দা রামবু থাদিয়ু,
নিজরবনি নিংথৌদা, মসিগী শকথম ভুকপনি।
রামচন্দ্র নহাক্না, দশরথ নিংথৌবু,
অহুগা নশামকপুম্নু, ভাভখি' রাবু ভাল্লবা,

রাশক চেৎপা মীওইবু, ওইনিংলদি হে রাম,
ঐগী রাসি নহাক্না, ভাওনে পূক্নীং চঙনবু।
অভিষেক অসিবু, থাদোক্লুনা রাঘব,
কোক্তা জটা পুন্দুনা, শজি মউন শেত্তুনা,
চহি তরা-মরিবু, দণ্ডক বন্দা লৈরুরো।
কোসলপুর অসিদা ভরতনবু লৈহনা,
পৃথ্বি পূম্বা অসিগী, রায়েন থৌদা পীসনু।
রঘুনন্দন নহাক্না নিংথৌ রাশক থুংহল্লু,
মী মরক্তগী অথোইবা, দশরথ নিংথৌগী,
পাঙথোক্লুনা রাশকপু, অচুম্বা হা ঙাঙলবা,
নপাবুঙবু কল্লুদো, চাঙহল্লুদো মীংচৎপু।
তাবদবু রারবা, শিবগা মান্ন ' রাহৈশিং,
য়েক্ল ' পূম্বা মাঙহনবা, রামচন্দ্রনা তাবদা,
নুঙাইতবা তৌদনা, পম্মনবু খুমখরে :
তাকপীরিবা অহুমক, পাঙথোকচনি শোয়দনা :
নিংথৌ রাশক ঙাক্লবা, কোক্তা জটা পুন্দুনা,
শজি মউন শেত্তুনা, শোয়দনা বন্দা চৎকনি।
রা অমদি পূক্নীংদা, লাঙতক্লনা লৈরিদো,
নুংশিরবা পাবুঙনা, দশরথ নিংথৌনা,
মশামক্না ঐঙোন্দা, ভরত কৌবা ইনাওবু,

অভিষেকপু তৌগনি, তাকপীবদি তৌদেদো।
মুংশিরবা ভরত, ইনাও মাগীদমক্তা,
মুঙাইবগা লোয়ননা, মুংশিরবী সীতাবু,
লৈবাক প্রজা রাজ্যবু, তাঙল 'পুন্সি অসিবু,
লল-থুম পূম্বা লোয়নবু, থাদোকনি ঐহাক্না।
পাম্বা নীংবা রাণীগী, থুংনবগীদমক্তা,
নিংথৌ রাশক ঙাক্লবা, রামদা থৌদা পীরদা,
মশামক্লা নিংথৌনা, পীরবদা য়াথংবু,
মসিদগী হেল্লবা কয়াদুম্মু পাঙথোক্কনি।
হরাও-নুঙাইদা লুপ্লবা, তাইবং পানবা অসিদা,
চিংনীংবগী অপাম্বা, পোক্কে ঐনা হে রাণী।
ধর্ম্মদন্তা লেঙদনা, সরাচেংনা লৈরবা,
ঋষিশিংগা মান্নবা, রাম ঐনি খণ্ডবিয়ু।
সেবা তৌবা ইপাবু, ময়াথংবু পাঙথোকপা,
মসিদগী হেল্লবা অতোপ্পা ধর্ম্ম লৈতরে।
মুংশিরবা পাবুঙনা, মশামক্লা হায়রম্মু,
ইমা ওইবী হে রাণী, নঙনা হায়বা তুংইন্না,
তরা-মরি চহিবু, ইপাগী রাশক ঙাক্লুনা,
মী লৈত্রবা বন্দবু, লৈরুগনি ঐহাক্না।
হে কৈকেয়ী নহাক্না, নীংবা অহু নিংথৌদা,

হায়বা মতম অহুদা, ময়াথংবু ইনগুম্বা,
গুণবূ রাম ঐহাকী, তশেংনমক খঙদেদো।
পনবা অমুক ভোদনা, কৌশল্যা কৌবী ইমাগী,
লোকুগনি বিদায়, থেমজিল্লুগনি সীতাবু,
দণ্ডক কৌবা বন্দবু, ওসিমকপু চংলনি।
ভরত কৌবা ইংাওন'; লৈবাক অসি ঙাকুবা,
পাবুঙবু সেবা ভৌনবা, থৌরাং ভৌবিরো হে রাণী,
থবক অসি পাঙনবা, লেঙত্রবদি ধর্ম্মনি।
মনুংগী কা'হুদগী, রামচন্দ্র অথোইবা,
দশরথ মপাবু, কৈকেয়ীদি মমাবু,
রঘুমণি মহাক্না কোয়রহনা থোকখরে,
মরুপ-মপাংখিবিকপু, উন্নখরে মপান্দা।
রাজ্য মাঙবা অহনা, মপানীংবা রামগী,
মতিক-মঙাল মহাকী, হম্থবা করি লৈতেদো।
থোইনা মীংচং চাউরবা, থৌনাফবা অহেনবা,
মহাত্মা ওইবা রামনা, খোইথুম্নবা রাহেনা,
মীপুম খুদিংমক্তবু, ইকাই খুম্নবা উত্তুনা,
কৌশল্যাবু কৌরবী অপোকপীনাক্তা চংখরে।
কৌশল্যাদি মমানা, রামচন্দ্র মচাবু,
খোইদোক্না মুংশিনা, খুং অনিনা কোনপ্লে।

চীংনবা খরা পোক্লবু. মুংশিরবী মমাদা.
লোন্নহনা খৃৎ অনি, রাঘবনা হায়রখরে :
হে রাণী ইমা অপোকপী, থাঙ্গশেংনা নহাক্লা,
থোক্লগদবা অরাবা, অকিবসি খঙদ্রিদ্রে।
থোইনা রাবা ইমাদা ওইহনগনি মসিনা,
লক্ষ্মণনস্থু রাগনি, থাংঙম্লোইদো সীতানা।
ভরত কৌবা ইনাওদা. মুংশিরবা মঙোন্দা,
যুবরাজ ফমথোনবু, নি থৌরেম্না পীখ্রে।
দণ্ডক কৌবা বন্দবু, চহি তরা-মরিবু,
তপসী অমা ওইনবু, ঐহাকপুনা থাবিরে।
বন্দা শীংজং অমনা সাল কৌবা উজাওগী,
চাউরবা মশা অমবু, য়াম্বত্তুনা তাবগুম,
কৌশল্যাদি রাণীদো, স্বর্গদণী তারকপা.
লাইরেম্বীগী মতৌগুম. ইখঙ খঙহৌদ্' কুখরে।
হকচাং পুম্বা উকুমা, তৈরবীনি কৌশল্যা.
জ্ঞান মাঙহনা লৈরবী, রারবীদি রাণীনি ;
রামচন্দ্র মচানা. থাজংখরে মমাবু.
মথৃৎমক্লা রামনা, নাম্বোক্লখরে অমোংপা।
মুঙাইবতদা, হৈনবী. কৌশল্যাদি মমানা,
থুমজত্তুনা রারনা মনাকবু কপ্পিবা.

রাঘবনা হায়খরে লক্ষ্মণস্ন তাখরে:
হে রাঘব নহাকসি, পোক্লমত্রবদি ঐহাক্লা,
ইচা পোক্তে হায়বগী রাবা অদু নত্তনা,
হেন্না রাবা অসিবু খঙলয়োইদো তশেংনা।
মচাপোক্তবী নুপীগী, মচা পোক্তে হায়বগী,
থম্মোয়নুংগী অরাবা, অমত্তনি লৈরিবা:
মসি নত্তবা অরাবা, লৈতবনি মহাক্কী।
নুংশিথোইরবা হে রাম, ঙসি ফাওবা ঐহাক্লা,
মঙ্গল ওইবা থবকপু, উবা ফংদ্রি পুন্সিদা।
মগুণ লৈবা চাউরবা, নিংথৌগী রাণী ওইরবস্ন,
করিগুম্বা মতমদা, নুঙাইববু ফংদ্রিদো।
অদুমকপু রাঘব, থাজদুনা হিংলক্লি,
নুংশিরবা ইচাগী, রামচন্দ্রগী হাকতক্তা,
কংলখিনি নুঙাইবা, উরখিনি হরাওবা।
রামচন্দ্র নহাকথক, অরাববু লোইদুনা,
কংলখিনি নুঙাইবা, অস্নুক কুইবা নীংদুনা,
য়াম্লবদি চহিবু, লেল্লক্লিবনি ঐহাক্লা।
মপুংফাবা থাজগী, মায়থোংগুম্মা ফজবা,
নঙগী শকফম উদনা, ভোল্লবীদি ঐহাক্লা,
রানা পুন্সি লেনবদো; ঙমগদগে করম্না!

থোইনা ৱানা অস্নুম্না, তেংথা-নাওইরবী,
ৱামচন্দ্র পোকচবী, কৌশল্যাদি ৱাণীনা,
ৱারবদি লক্ষ্মণ, ময়াম্বা নীংবা উত্তুনা,
থৌদোকসিগা চানবা, ৱাসিবুদি হায়খরে :
লেম্লবী ইমা হে ৱাণী নুপী ৱানা পুন্দুনা,
যুবৱাজ ফমথোন্বু ৱাঘবনা থাদোকপা,
অহুগা বন্দা চৎপদো, পেন্দে য়ানীংদে ঐহাক্না।
অহল ওইবা শোল্লবা, ৱাথল থক-খা ওমবা,
পূক্নীং ঈথক্না লমজিংবা, অপাম্বনা থুক্নংপা,
কায়নিংবত্তা হায়রবা, লৈখাতারবা নিংথৌনি।
ৱামগা মরুপ ওইদবা, য়েক্লবশিং ফাওবনা,
ৱাঘব মাগী মতুংদা, ফত্তববু ওাওনবা,
তাইবং পানবা অসিদা, লৈতবনি কনাস্নু।
ধৰ্ম্ম লৈবা কনানা, অচুম-অৱান খল্লনা,
লাইশিংগবু মাম্নবা, পুকচেলতিংবা অথোইবা,
য়েক্লবশিং ফাওবনা, মাবু-লুনা তৌরবা,
মশানা মশা লাকশিনবা, মচাম্নুপা অহুবু,
থাদোকনি কয়ম্না, হন্দোকনি কৱিগী!
অচুম-অৱান লেপ্লবু, ওমদরবা মহাক্তো,
থোইদোক্লবু চাউথোকপা, অৱানবা লম্বী চৎপদো,

অপোকপবু ওইরম্ব, পীগদবনি মপালবু।
য়াম্বুঙ ওইবা রামগী, পূকচেল অহ খঙবনা,
থাঙ্গেশেংনমক ঐহাক্না, লেপ্লিবনি মহাক্না।
পায়রিবা লৌকং অসিনা, সত্যনা সাক্ষী ওইহনা,
রাশক্লিবা অসিনি, রামগী হিংবা পুন্সিনি।
চাক্লিবা মৈদা চোংশিনবা, নত্রগা বন্দা চংপবু,
রামনা পাঙথোক তারদি, থাঙ্গেশেংনা ঐহাক্না,
মৈদা বন্দা চঙবদা, ঐনা মাঙবু থাগমি।
মহাত্মা ওইবা অথৌবা, লক্ষ্মণগী রাসিবু,
তারবদা, কৌশল্যা ওম থোইনা কপ্পুনা,
খাংঙবা রাহনা, রাঘবদা হায়খরে:
হে ধর্ম্ম খঙবা রাঘব, ধর্ম্ম লৈবা ওইরদি,
ধর্ম্ম চেংপা পাম্নবদি, অযোধ্যাদা লৈহনা,
অপোকপী ঐবু পেলহল্লু, অথোইবা ধর্ম্ম পাঙথোকউ।
অকনবা তপ তৌহনা, ইস্ত্রি খুত্নম চন্নুনা,
মশাগী য়ুমদা লৈহনা, মমাবু সেবা তৌহনা,
ধর্ম্ম পূম্বা পাঙহনা, স্বর্গ কংলি ক্যাপ্পা।
মভীক চানা নিংথৌবু, নঙনা পূজা তৌরম,
অপোকপী ওইবী ঐবুস্থ, তৌগদবনি সম্মান।
নঙনা বন্দা চংপবু ঐনা য়াবা তৌবনে;

মরমদুনা রাঘব, থাদোক্লুনা অযোধ্যা,
ভন্দোক্লমদুনা ঐশ্বাকপু, বন্দা চৎপা তৌগনু ।
রাম লৈত্রদা কৌশল্যা, অরেম্বনি পুন্সিনি,
কান্নদবনি মুণ্ডাইবা, নণ্ডনা ঐগী থরান্নি ।
রামনা নাক্তা লৈরদা, নাপীথক্তা হিপ্লস্থ,
মুণ্ডাইবনি খনগনি, অরা-পূম্বা লৈরোইদো।
ধর্ম্মাত্মা ওইবা রামনা, ফিভম শোক্না রানবু,
তেংথারিবী কৌশল্যা অপোকপীগী মফমদা,
ধর্ম্ম চেল্লবা রাসিবু, হায়দোকখরে পন্দনা:
মুংশিরবী অপোকপী, দশরথ পাবুঙগী,
য়াথং অসি ঐশাক্না, ঙাক্তরবু ঙম্লোইদো।
কোক নোম্না হায়জরি, নিংথৌ য়াথং ঙাকপসি,
থাঙঙমদবা ওইরস্থ, য়াবিয়ুদো ইমানা,
বন্দা চৎপা অসিবু, পামজরবনি পন্দনা।
পম্থো অপোকপা মহাক্তী, য়াথং পাঙথোকপা মরমগী,
তশেংনমক কনাস্থ, অরা-অনা নংদেদো।
কৌশল্যাদি মমাদা, অস্থম্নবু হায়রগা,
রামচন্দ্র অথোইবা, বাঙাঙ হৈবা অহেনবা,
তেনবু কাপ্পা হৈশিংবা, মকোকথোংবা রাঘব,
অথোইবা রাবু ধর্ম্মগী, লক্ষ্মণদা হায়খরে:

তাইবং পানবা. অসিদা অথোইবনি ধর্ম্মনা,
অচূম্বনা ধর্ম্মদা, মরাতানা লৈবনি।
ধর্ম্মদবু তোংলবা, পাবুঙ নিংথৌ য়াথংনি,
তাইবং মীপোক অসিদা, অথোইবনি ঐঙোন্দা।
পাবুঙ য়াথং ভুংইন্না, কৈকেয়ীদি রাণীনা,
রাম ঐবু পন্দনা, বন্দা চংলু হায়বনি।
ক্ষেত্রীগী ধর্ম্ম ওইরম্ব, হে অথৌবা নহাক্কী,
নতীক চাদবা রাখন্দু. অধর্ম্মনি থ'দোকউ।
থাদোক্কুনা তমথিবা, পাঙথোকউনে ধর্ম্মবু.
ঐগী বুদ্ধি অসিবু, মপুঙফানা য়ানিংউ।
যুবরাজ কমথোনবু. ঐনা ফংলনি হায়বদা,
লাংতক্করবা ইমাগী, নেমথহল্লু পুক্নীংবু।
সত্যবু ওইবা নিংথৌনি, সত্যগী থবক তৌবনি,
অচুম্বা থৌনা লৈবনি, হয়েংমুক্কী মপোক্কী,
খল্লুবদা রাখনবু. সত্য কায়বা কিবনি,
অকিবা অসি পাবুঙগী. কোকহল্লু নঙনা লক্ষ্মণ!
ঐঙোন্দবু পীরবা, লৈবাকপুদি থাদোকপা,
বন্দা চংপা ঐহাক্না লাইবক্না তম্বা ঙাক্কনি,
অম্বুম্নবু লৌগনি, অতৈনা নত্তে সৌমিত্রী!
লাইবক্না তম্বা অহুগা, লাইগী নোংদম নত্তনা'

কৈকেয়ীগী অনীংবা, ঐনা মাঙনবা শীনবদো,
লাইনা শীনবা নত্ত্রদা, করম্নবু ওইগনি।
হে তপ্লবা ইবুঙো, নঙনা হেন্না খঙলিনি,
রাণী 'মাশিংগী মরক্তা, করিগুম্বা মতমদা,
খেন্নবা করি' উদনা, খেন্নববু থমদনা,
ব্যবহারবু মান্নবা ভৌরিবনি ঐহাক্না।
কৈকেয়ী কৌবী ইমাস্তু, হৌজিক্কীসি নত্তনা,
ভরত কৌবা মচাগা, ঐগগীবু মরক্তা,
খেন্নবা করি থমদনা, নুংশিবনি মান্ননা।
লাইবক মাগী নোংদমদি, খবক ওইনা পাঙত্রিঙৈ,
ঙমদবনি উববু, থিংঙমদবনি মীনবু।
রাবা-নুঙাইবা অহুগা, কিবা-শাওবা অসিস্তু,
অমাঙ-অতোং ওইবস্তু, পোকপা-শিবা লৈবস্তু,
থোক্লিবনি অপূম্বা; লাইবক্কী থৌশিন ঙাক্তনি।
ওইহন্নিংবা লৈতনা, মতোমতনা ওইরকপা,
হোৎনরুবা য়াওদনা, অহুম্নবু থোক্লকপা,
লাইবক্কীদি থৌশিন্নি, লাইবক্না তম্বা শেংবনি।
হে লক্ষ্মণ করিগী, অরাবদা লুপ্লগে।
লাইবক্না থীনা তম্বদা, রানিঙাইবু ওইদেদো।
বন্দা লৈবগা রাজ্যগা, অনি অসিগী মরক্তা,

বন্দা লৈবনা লেপ্পমক, চাওখৎ-নুঙাইনা খনবনি।
রামনা অস্থুম হায়রবদা, লক্ষ্মণদি মনাওনা,
হন্না-হন্না নোল্লুক্লা, মুনা-মুনা য়েংহুনা,
মায়োক্লুনা ফম্বদু, লৈথোক্লুনা হায়খরে :
তাইবংনা নমথাক তৌববু, নঙোন্দদি ঙমদবা,
হে রাঘব অথৌবা ক্ষেত্রীরক্তা অহেনবা,
লাইবক মাগী নোংদম্বু, থাঙত্তুনা রাংনবু,
শোয়বা লৈত্রগুম লেহুনা, করম্নবু ঙাঙবিরী।
মতৌক-পাঙ্গল লৈত্রবা, লাইবক নোংদম কৌববু,
থিংঙমদবনি খন্দুনা, করম্না রাংনা থাঙ্গৎপা!
দশরথ কৈকেয়ী, ফত্তরবা অনিগী,
থবকসিদা করিগী, চীংনববু পোকপীদে !
সৌমিত্রীনা অস্থুম্না হায়রবদস্থু রামদা,
মপাবুঙগী য়াথংবু, শোয়দমা পাঙথোক্লি,
চেৎনা পুক্নীংদা নীংহুনা, লৈখরে রাম লেঙদনা।
মচাগী মতৌ উবদা, থোইনা হেন্না রারবী,
কৌশল্যা কৌবী মমানা, শুংশিনবু হায়খরে :
রামচন্দ্র মহাক্লা, বন্দা চৎপা তারদা,
নিংথৌরেনগী লোম্নবী, রাণীশিংগী ময়ক্লা,
লৈহৌবদো ঐহাক্লা, ওইথোক্কবহি রাঘব !

নিংথৌ য়াথং ভুংইন্না, নগুনা বন্দা চৎপখু,
শোয়দনবু লেপ্লবা, লমজিংগু বন্দা ঐবুস্থ,
লমগী শক্তি অযোমগুম, চংকনি নতুং ইন্দুনা।
অস্থুন্না তেংথা নাওইনা, থম্মোয় পুগুমদ' কপ্লবী,
কৌশল্যাদি মমাদা রঘুমণি অথোইবা,
পিরাংনা মীংস্না চোল্লবা, কপ্পা-কপ্পা হায়থরে :
অরা-তেংথা নাওইনা, করিগী কপ্পা ইমানা,
নুপী ওইবী মপোক্কি, লৈরিমখৈ হিংহ্‌না,
মপুরোইবা অহ্‌না, তশেংনমক লেগুদ্রবা,
মীৎনবুদি উরবা, ঈশ্বরনি শোয়দ্রবা,
য়োকপি-থাকপীবা অথোইবা, ঙাকপি-শেনবীবা মপুনি।
ঙসি ইমা নঙোন্দা, ঐঙোন্দস্থ মপারী,
নিংথৌরেম্মা মপুনি, য়াথং ঙাকপনা ধর্ম্মনি।
ভরত কৌবা ইনাওস্থ, থোইনা ধর্ম্ম চেনবনি,
পূন্নমকী মকমদা, খুংশি রাদা ঙাওরনি।
ধর্ম্মাত্মা ওইবা মহাক্না, শোয়দনমক ইমাবু,
মতম চুপ্পদা লেগুদনা, ঙাকশেন্দুনা লৈগনি।
মতম লৈবথিবিক্তা, ধর্ম্মদা পূক্নীং চঙলবা,
ভরত কৌবা ইনাওনি, ইমাগী সেবা তৌগনি।
পূন্নমকগী হেন্নবী, থোইনা রাশক চেৎলবী,

চরা কয়া হেল্লবী, নুপী মহাক অহুনা,
লৈমিন্নহুনা নুপাগা, মপুরোইবা ওইরবা,
নীংথিনা সেবা তৌত্রবা, শোয়দনমক নুপীহু,
পাপকী লম্বী অরাবা, ফংলবনি মহাক্না,
অরা-অনানা থল্লবা, অমম্বা পুন্সি মাগীনি ।
নুপী ওইবী অহুনা, দেব পূজা তৌত্রস্থ,
করিগুম্বা মতমদা, লাইথুরম্বা লৈত্রস্থ,
মপুরোইবগী সেবাবু, তৌজবনা নীংথিনা,
থাইদগী বাংবা স্বর্গবু, ফংঙম্মীদো লেপ্পমক ।
মতম লৈবখিবিক্তা, নুপী হায়বা অসিদি,
মপুরোইবগী সেবদা, পূক্নীং লূপ্তুনা লৈগনি ।
মুপাগী মায় পাক্নবা, অফবা কয়া লৈনবা,
পেনবা-নুঙাইবা ওইনবা, তৌহুনতা লৈগনি ;
মস্নুম তৌনা হরাওনা, নুঙাইনা পুন্সি লেনগনি ।
লম্বীনি মসি ধর্ম্মগী, বেদ খিবিক্না তাক্লবা,
যুগ কয়া লাম্নবু, চৎনরক্লবা ধর্ম্মনি,
তাইবংপান্না কাউদ্রবা, লেঙদ্রবদি লম্বীনি ।
লৈবিহৌ ইমা কোন্নুংদা, থাদোকপিনু অযোধ্যা:'
তৌবিহৌ সেবা নিংথৌগী, তানশিনবিয়ু ধর্ম্মবু ।
হে রাণী'না নহাক্না নচাগী য়াইফ' ওইনবা,

মৈদা কচ্চবা পূম্বদা দেবী-দেবতা খিবিকপু,
অথোইবা লমচৎ চৎলবা, ব্রাহ্মণ পূম্বা লৈবস্থ,
লৈস্থ খিবিক লোয়ননা পূজা তৌবিয়ু ইমানা।
লৈবিহুনা অস্থুম্না ঐনা হল্লকপা ভাইবিয়ু।
রামচন্দ্র মচাগী তারবদা রাসিবু,
কৌশল্যাদি মমানা, থম্মোয় পেন্না হায়খরে:
হে রাঘব নহাকসি, থৌনাফবা ইচানি,
নঙনা বন্দা চৎপগী অকনবা রাশক লৌবদা,
মমা ওইবী ঐহাক্না হায়ঙমদরে চৎকন্নু।
লাইবক-নোংদম হায়বসি, লাম্থোকঙমদে লেপ্নমক।
চৎলু বন্দা হে রাম অথোইবা, খুংলায় পায়রবা,
পীরবনি বিদায়বু, অপোকপীদি ঐহাক্না।
য়ৈখায়-থিনগায় লৈতনা হল্লকপা যতমদা,
রামচন্দ্র নহাক্না শুক্কাৎলবা মেঙলবা,
সুংশি রাহৈ কয়ানা; হয়াওহনগনি ঐহাকপু।
কোক্তা জটা পুন্দুনা, ফীজেৎনা উকু শেত্তুনা,
নঙনা বন্দগী হল্লকপা, উরগদবা সুমিত্তু,
সুংশিথোইবা ইবুঙো, রঘুমণি অথোইবা,
ঙসি সুমিৎ অসিমক, ওইরবনি লৌগনি!
অরা' পূম্বা খুত্থমচন, মনস্বিনী কৌশল্যা,

অশেংবা ঈশিং পায়হনা, আশীর্ব্বাদকা লোয়ননা,
রামচন্দ্র মচাগী, মঙ্গল ওইনবা হায়খরে :
হে রাঘব নহাক্না, পূক্নীং খুহুম চন্দুনা,
নিয়ম খিবিক কায়দনা, থৌনাফনা থোইদোক্না,
ধর্ম্মবু লুনা ঙাকশেনবা, অহুমক্না নহাকপু,
ঙাকশেন্দুনা লৈববু, মতম চুপ্পদা ওইসন্নু।
নুমিৎ খুদিং অমদি, মীকুপ খুদিংনা নহাক্কী,
মতম লৈবখিবিক্না, পুরকসন্নু অফবা।
স্মৃতি খিবিক অহুগা, শাজৎ-লমচৎ ফজবা,
ধর্ম্মনসু অথোইবা, মাইকৈ খুদিং নহাকপু,
রঘুবীর অথোইবা, ঙাকশেনবা ওইসন্নু।
ভগবান্না স্কন্দ-না, বৃহস্পতিনা সোন-না,
ঋষি তরেংনা নারদনা, মখোয় পূম্বনা নহাকপু,
নুংশিথোইবা ইচাবু, মাইকৈ খুদিং ঙাকসন্নু।
লাইয়াম খিবিক্না নঙোন্দা, খুরুম্নরবা ইন্দ্রনা,
বৃত্র কৌবা অহুবু, মাঙহনবদা ওইখিবা,
মঙ্গল অহু ওইসন্নু, রঘুবীর নহাক্কী।
অমৃত থিবা মতমদা, বিনতা-না পীখিবা,
মঙ্গল অহু মচাগী, সুপর্ণবু কৌরবা,
অহুগুম্বা মঙ্গল, ওইসন্নু রাম নহাক্কী।

সমুদ্রবু নৈহনা, অমৃতবু পুথোকপা,
মতমত্তদা ইন্দ্রদা, অদিতি-না পীখিবা,
মঙ্গল অহু ওইসন্নু, রঘুমণি নহাক্কী।
মতীক লৈবা বিষ্ণুনা, খোঙথাং অহুম থাংবদা,
থোইনা মঙাল লৈরবা, বিষ্ণুগীদি মফমদা,
শুভ-মঙ্গল ওইখিবা রঘুনন্দন নঙগীস্থু,
তত্তে ভবতু মঙ্গলম্, 'তুগুম ওইসনু মঙ্গল।
ঋতু খিবিক লৈরিবা, পাক্লা শল্লিবা সমুদ্র,
দ্বীপ কয়া লৈরিবা, বেদ-শাস্ত্র অপূম্বা ;
মরোল অহুম তাইবংপান, লৈরিবা পূম্বা অসিনা,
হে মহাবাহো নঙোন্দা, মঙ্গল পীবা ওইসনু।
মঙ্গল পূম্বা অসিনা, মতেং পাঙবা ওইহনা,
বন্দা লৈবা 'হুদগী, য়েথায়-থিনগায় লৈতনা,
হল্লক্লবদা কোনুংদা, ঐগী নীংবা থুংহল্লু,
সীতা কৌবী ইমোগী, মনিংথুংনবা পাঙথোকউ।
চৎলো হৌজিক রাঘব, অরা-অনা লৈতনা,
লৈক্ররোদো বন্দবু, পীরবনি বিদায়বু।
কৌশল্যাদি মমাগী, বিদায়বুদি ফংলদা,
অথোইবা ধর্ম্ম চৎপদা, পূক্লীং অনি লোংজ্রবা,
রাশক চেৎপা রাঘব, মায়থোংবুদি লূ-লুক্লা,

রাখল ঊথক হৌহনা, মুঙাই' মীয়াম্না থল্লবা,
নিংথিজনা লৈতেংবা, লৈফমদবু চঙখরে।
সতী ওইবী সীতানা, পুক্নীং তথক-তথক্না,
রাম নাক্তা চঙবদা, মবুঙোদি রামগী,
লাংতক্নরবা থম্মোয়বু, চিন্তা পোৎলুম পুরবা,
মকশিল্লবা মায়থোংবু, উখরে অরা' শকফম্বু!
ধর্ম্মাত্মা ওইবা রামনা, উরবদা সীতাবু,
থোইনা পুক্নীং রাবদো, ঙগখিদরে ফাজিনবা।
লোইনবীগী মফমদা, রার 'খোঞ্জেম্না হায়খরে:
পুন্সি-খোঙলোয় ওইরিবী, সহধর্ম্মিণী হে সীতা,
থোইনা ইকাই খুম্নবা, পাবুঙ নিংথৌ য়াথংনি,
চহি তরা-মরিবু, বন্দা চৎলু তাকপীরে।
'চৌবা শাগৈদা পোক্লবী, ধর্ম্ম খঙবী জানকী,
ধর্ম্মতবু চৎলবী, বন্দা ঐনা করম্না,
শোয়দনা চৎপা তাবনো, তাও ইবেম্মা রারীহু।
থোইনা রাশক চেৎলবা, রাশক ঙাকপা নিংথৌনা,
দশরথ নিংথৌরেন, অপোকপদি পাবুঙনা,
মমাঙৈগী মতমদা, অচৌবা বর অনিবু,
কৈকেয়ীবু কৌরবী, ইমাদবু পীবিখি।
ঙসিদি ঐবু নিংথৌনা, যুবরাজ কমথোন্দা।

অভিষেকপু ভৌনবা, থৌরাং ভৌর' মতমদা,
কৈকেয়ীদি ইমানা খুদোংচাবা লৌহুনা,
বর অনিদো পীবিরো, নিজখরে নিংথৌদা,
ধর্ম্মবু থোইনা নুংশিবা, ধর্ম্ম ভৌবু হায়খরে।
অহানবগী বরনা, দণ্ডক কৌবা বন্দবু,
তরা-মরি চহিবু, ঐবু পন্দনা থানবা,
অনিশুবগী বরনা, ভরত কৌবা, ইনাওবু,
যুবরাজ হাপ্পবা, নিখি নিংথৌ মফমদা।
'সুম্না অরুবা ফিভমদা, থৌরাং পূম্না লোয়হনা,
মীচিক-মীরাওখোল তাদ্রবা, দণ্ডক বন্দা চৎনবা,
ঐনা নঙবু উন্নবা লাক্লিবনি জানকী।
লৈহৌ সীতা কোম্নংদা, পীরো বিদায় হৌজিক্তি।
খূত্তা শক্তি পায়রবা, কমথোন চাওবা মীহুনা,
অতোপ্পবু থাগৎপা, থাংঙমদবনি লেপ্পমক;
মরমহুনা বৈদেহী, ঐগী গুণ খিবিকপু,
ভরত কৌবা ইনাওগী, থাগৎকন্নু মমাঙদা।
পাপ চেন্দ্রবী করবী, হে জানকী নহাক্না,
মুনি-ঋষিনা লৈরবা, বন্দা ঐনা চৎপ্রগা,
চরা কয়া হেন্দুনা, রাশক পূম্না ঙাক্তুনা,
সতীত্ব গুণ থমহুনা, পুক্নীং চঙউ ব্রতদা।

অয়ুক ঙম্না হৌহুনা, লাইয়াম পূজা তৌহুনা,
নরেশ্বর ওইরবা, পাবুঙ নিংথৌ মহাকপু,
অফ-মুঙাই ওইনবা, নুমিৎ খুদিং খুরুম্মু।
অপোকপী ইমা কৌশল্যা, অহনগী মতম ওইরবী,
থোইনা রাবা মরম্না, য়াংবু য়াম্না কংলবী,
মতীক চানা মহাকপু, ইকাই খুম্নবা উত্তুনা,
সেবা তৌহৌ নহাক্না, থৌদাং খুদিং থাহুনা,
রাজরবী ইমাদা, পাঙথোকউনে থৌদাংবু।
ঐগী অতোপ্পা ইমাশিং, মখোয়দস্মু নহাক্না,
মতম লৈবখিবিক্তা, ইকাই খুম্নবা উত্তুনা,
পুম্নমক্কী পেন্নবা, থৌদাং পুম্বা পাঙথোকউ।
ঐঙোন্দদি ইমাশিং, মখোয়না ঐবু নুংশিবা,
ঐনা মখোয়বু নুংশিবা, মান্নবনি পুম্নমক;
অমত্তা ওইনা মখোয়গা, নুঙাইমিন্নে ঐহাক্না!
হে কল্যাণী জানকী, নিংথৌ ওইবা মহাক্কী,
ভরত কৌবা ইনাওগী, য়াথং অতু ইন্দুনা,
ধর্ম্মদা পুক্নীং চঙহুনা, সত্যব্রত তৌহুনা,
চুম্বা রাশক লৌহুনা, অযোধ্যাদা লৈহৌরো।
রামচন্দ্রনা সীতাদা, তাকপীরদা অস্থুম্না,
নুংশিনিঙাই ওইরবী, নুংশি রাহে ঙাঁঙলবী,

জানকীদি সীতানা, মুংশিবহুনা শাওহুনা,
ধর্ম্মাত্মাবু ওইরবা, মপুরোইবদা হায়খরে :
হে রাঘব অথোইবা, রঘুমণি শকহেনবা,
শাওদববু য়াদ্রবা, শোয়দ্রবদি রাসিবু,
সহধর্ম্মিনী ঐভোন্দা, করম্নবু তাকপিবা !
হে আর্য্যপুত্র ইবুঙো, ইমা-ইপা ইচিন্নাও,
ইচা-ইমৌ পৃম্নমক, মানা মানা ভোজবা,
কর্ম্মহুনা পীনবা, লাইবক-নোংদম ভুংইম্না,
তোঙান-তোঙানবা থবকপু, পাঙথোকপনি লেপ্পমক।
ভৌইগুম্বম্নং ইবুঙো, মীমরক্তগী অথোইবা,
লোয়নবী তালোয় ওইবীনা, মহাক্তুনা লেঙদনা,
মপুরোইবা ওইবগী অরা-নুঙাই শরুক য়াই।
মরম অসি লৈবনা, রাঘবগী লোয়নবী,
তালোয় ওইবী সীতাস্থু, রঘুমণিগা লোয়ননা,
দণ্ডক বন্দা লৈবগী, ফংলবনি য়াথংবু।
মমা-মপা নত্তেদো, মশা-মচা নত্তেদো,
নত্তে নত্তে মরুপস্থু, মপুরোইবা 'হুভনি,
নুপী ওইবী অহুগী, অমত্তা ঙাইবা চঙ্গক্রম,
মপোকসিগী মতুংগী, মতম লৈবা খিবিক্কী।
হে রাঘব নহাক্তা, ঙসি নুমিৎ অসিমক,

চগুগুমন্ত্রবা বন্দবু, চংপবুদি তারবা,
মাঙবু থানা চত্তুনা, নাপী-তিম্বং নেত্তুনা,
য়াওগনি ঐস্তু শোয়দনা, থাবা ঙম্লোই লোয়নবা।
হে অথৌবা নহাক্লা, চীংন' লৈতনা পুবিয়ু,
পাপ করি' লৈত্রবী, ধর্ম্ম চংচবা সীতানি ;
রঘুবীরগা লোয়ননা, মতম চুপ্পা লৈবদা,
করিগুম্বা কান্দস্তু, রাবা করি পীজরোই।
মীমরক্তা অথোইবা, হে রাঘব ইবুঙো,
ইপুরোইবা ওইরবা, নহাক্লবু য়াওত্রদা,
স্বর্গদবু ওইরস্তু, ঐনা হিংবা পামজদে।
সীতাদেবী মফমদা, রামচন্দ্রনা হায়খরে :
ঐগা বন্দা লৈবগী, রাখন্দু সীতা থাদোকউ,
খুদোংথীবা থিবিক্লা, মায়কৈ থন্না লৈরবা,
বন ওইবা মফমত্থ, চগুগুমদবনি হায়নৈদো।
হে মৈথিলী ইবেম্মা, বন্দা লৈবা মীশিংদি,
বন্দা ফংবা অহুভা, চাহুনবু হিংবনি ;
অফংবা অহু চাহুনা, মতম চুপ্পা পেন্দুনা,
অরা-অনা কাউহুনা, পুন্সি লেনবা ভাবনি,
বন্দা লৈবা পুন্সিদি, অরাবনা থনবনি।
রামগী রাসি তাবদা, জানকীনা হায়খরে :

বনগী পুন্সি মতাংদা, তাকপিবা দোষ অপুন্বা,
ইবুঙোনা মখোয়বু. নুংশিবীদুনা লেপ্লমক,
বনগী গুণ খিৎকিকপু. থাঙ্গৎপিরদি রাংনবু,
অরা-অনা লৈবশিং লৌজে ফবা ঙাক্তনি।
মপুরোইবা য়াওদ্রদা, নুপীনা হিংবা ঙমদেদো;
থাঙ্গৈশেংনমক রাঘব, নঙনা মসি ঐঙোন্দা,
নীংথিনবু তম্বিখি, লেঙদ্রবনি তাকপিখি।
শেংলবা আত্মা ওইরবা, রামচন্দ্র ইবুঙো,
শেংনা নুংশিবা মরমগী ইপুরোইবা তুংইনবা,
নুপী ওইবী ধর্ম্মনি, দোষ পূন্বা কোক্কনি।
ইপুরোইবনা ঐহাক্কী, দেবতানি হুশেংবা,
মীৎনা উবা লাইমক্লি, কোকপু-নোম্না খুরুমজে।
হয়েংমুক্কী মপোকস্থ রঘুনন্দ নহাক্না,
নুঙাইনবু তিন্নবা, মঙ্গল ওইবা ফংগনি,
মপোক-মপোক খুদিংগী লৈমিন্ননি শোয়দনা।
হে শিংলবা রাঘব, ব্রাহ্মণশিংগী অখোইবা
লেঙদ্রবা তত্ত্ব অসিবু, তাবা ফংজে ঐখোয়না:
তাইবং পানবা অসিদা, মমা-মপা অঁনিনা,
বেদ-শাস্ত্র 'তুংইন্না, অশেংবা ঈশিং লোয়ননা,
মহাত্মা ওইবা নুপাদা, পীরবা নুপী অহৃদি,

অতোপ্পা মপোক 'মদস্থ, মুপাহুগী ওইবনি।
হে কাকুৎস্থ নহাক্না, মপুরোইবা নীংলবী,
পতিব্রতা ওইরবী, সতী ধর্ম্ম কায়দ্রবী,
অরা-নুঙাই পুম্বদা, মাম্নবা শরুক য়ারবী,
নুংশিবিনিঙাই ওইরবী, পুবিয়ুনে ঐবুস্থ।
মুপাগী মতৌ লৈবদা, অনিশুদ্রবা অথৌবা,
মীথোই-মীহেনবা নহাক্না, শোল্লবী মুপী মতৌগুম,
পাঙদনা চৎপা উরগা, মিথিলাগী নিংথৌরেন,
রঘুমণি নহাকপু, মশেল ওইনা ফংলবা,
লপোকপদি মকাক্না, কব্রি ওইনা খনগনি!
হে অথৌবা রাঘব, খঙবিয়ুনে ইবুঙো,
সত্যবান মফমদা, রাশকচেৎনা লৈজবী,
মপুরোইবা থাদবী, সাবিত্রীগী মতৌগুম,
মতম চুপ্পা ঐহাকসি, ইনজবীনি নম্নাথং।
পাপ পুম্বা চেন্দ্রবা, হে শেংলবা ইবুঙো,
ঐগী পুক্নীং অসিদা, ইবুঙো নঙবু নতনা,
অতোপ্পা কনা উম্নদে, নঙতবুনি নীংজবা।
মাগী ইমুং শাগৈর, মাঙবা-মোৎপা পুরকপী,
লমচৎ নাইদবী মুপীগুম, পুক্নীং লোঙবা নৎচদে,
হে রাঘব শোয়দনা, ইনজগনি নতুংবু।

রামচন্দ্র নহাক্না, তোল্লবা মীচম অমগুম,
চহি নৌরিগৈ মতমদা, নঙোন্দবু লুহোংবী,
নঙগা মতম কুইনবু, লোয়নদুনা লৈরবী.
নঙগী থাজবী ওইরবী, সতী ওইবী ঐহাকপু,
অতোপ্পা মীদা পীথোক্কে, পৃক্লীংদা খনবা লৈবরা!
নঙগা লোয়ননা লৈবনা. ঐঙোন্দদি স্বর্গনি,
নঙবু যাওদনা হিংবদি, চঙনা নরক তাবনি।
ঐনা নঙবু থোইদোক্লা. চাংদম্লিঙাই লৈতনা,
মপান্নাইদনা মুংশিবা, লেঙদবনি রাঘব !
বন্দা ঐবু পুবিয়ু, থাদোকপিনু পুন্সিগী।
সহধর্ম্মিণী ওইরবী, সতী ওইবী সীতানা,
অসি রাবু হায়দুনা, থরায় শোক্লা কপথরে,
মীৎস্না থম্বাল অনিদো, পিরাংনবু চোনখরে।
রাম্না পাম্বোম অনিনা, কোইশীন্দুনা সীতাবু,
রানা থোইনা নকশিন্না, থাজহন্দুনা হায়খরে:
তশেংবনি হে দেবী, নঙগী রানবা মরম্বু,
ওইবদবু ম্ভারদি, স্বর্গ ফাওবা পান্নুদে।
হে তপ্লবী নিংথিবী, তুং ইল্লকউ চৎলসি,
ধর্ম্ম খুদিংঃপাঙবদা, ঐগী লোয়নবী ওইয়ুদো!
হে নিঙদা চাওবী ইবেম্মা. বন্দা পুন্সি লেম্নবা,

থোরাং পূস্থা তৌরোদো, নৈক্লরসি বন্দবু ।
সীতা কৌবী নহাকপু, থাদোক্লবদা হৌজিক্তা,
স্বর্গনস্থ ঐহাকপু পেনহনববু ঙম্নোইদো।
সীতানা বন্দা চৎপবু, মপুরোইবা রামনা,
রানীংলেবু খঙবদা, খঙহৌদনা পন্দনা,
হরাওখরে জানকী, থোরাং পূস্থা লোইখরে ।
রাম-সীতা অনিনা, ঙাঙনরিবা রাহুবু,
ঙসাইমখৈ তাহনা, নৈরম্লিবা লক্ষ্মণ,
ময়াম্বুঙদি রামগী খোঙদি অনি অহুবু,
থোইনা নুংশিবা ফোংহনা, কোঞ্জখরে চেংনদি
থোইনা মীংচং চাউরবী সীতা দেবী মফমদা,
অচৌবা রাশক লৌরবা, ময়াম্বুঙদি রামদা,
সুমিত্রানা পোক্লবা, লক্ষ্মণনা হায়খরে :
শামুনা থন্না নৈরবা, শজিশিংগী শারফম,
বন্দা চৎপা অহুবু, শোয়দনা পূক্নীং লেপ্লবা,
লীক্লং তেনবু পায়হনা, ইতৈমা-য়াম্বুঙ অনিবু,
তুংইঙ্গনি ঐহাকস্থ, ঙাকশেনগনি থাদনা ।
রাম-সীতা য়াওদনা, লাইরৈবাকপু ফংবস্থ,
শিদবা খুভম অহুস্থ, পামজক্লবা নৈজেদো ।
সীতা-রাম নৈত্রদা, মরোল অহুম অসিগী,

মপু ওইবা অহুবু, পামজদে ঐনা লেপ্পমক ।
ননাওগী রাসি তাবদা, মতীক-মঙাল লৈরবা,
রঘুমণি রামনা, মাওদা লেপ্তুনা লৈরিবা,
লক্ষ্মণগী মফমদা, অস্নুম্নবু হায়খরে :
ঐনা থোইনা নুংশিবা, হে সৌমিত্রী ইবুঙ্গো,
ধর্ম্মদা পূক্নীং চঙলবা, অচুম্বা লম্বী চৎপবু,
মতম চুপ্পা থাদ্রবা, ঐগী পুন্সিগা মান্নবা,
লুনা-চান্না তৌরবা, হায়বা ইনবা অথৌবা,
ইনাওস্নুনি নহাকসি, মকুপস্নুনি ঐঙোন্দা ।
হে সৌমিত্রী অথৌবা, ঙসি কৌবা নুমিত্তা,
ঐগা লোয়ননা বন্দবু, নহাকস্নু চৎপা ভারদি,
থোইনা মীংচৎ চাউরবী, সুমিত্রাদি ইমাবু,
কৌশল্যাদি রারবী, য়েংবিহৌগনি কনানা !
সুমিত্রাদি ইমাবু, কৌশল্যাদি অপোকপী,
থোইনা হেন্না রাররবী, নীংশিংলোইদো ভরত,
ফংলবদা রাজ্যবু, কৈকেয়ীনা খুত্থমচন ।
কৌশল্যাদি ইমাগী অরা-অনা ঙাক্নুনা,
হে সৌমিত্রী নহাক্না, ঙাকশেন্দুনা লৈহৌদো ।
ঐনা হায়রিবা অসিবু, পাঙথোকউনে লক্ষ্মণ !
নঙনা অস্নুম ত্তৌগ্নুনা, লৈহৌবনা কোম্নুংদা,

ঐঙোন্দা ভক্তি লৈবহু, নিংথিনা উৎপা ওইগনি।
ধর্ম্ম খণ্ডলবা ইবুঙো, লাইগুরুশিং অপুম্বা,
অহল-লম্মন খিবিকপু, নীংথিনা পূজা তৌবনা,
চাংদম্লিঙাই লৈতবা, চাউর' ধর্ম্মনি লেপ্পমক।
রঘুনন্দন ইবুঙো, ধর্ম্ম খণ্ডবা নহাক্না,
ঐগী মরমগীদমক্তা, হায়রিবসি পাঙথোকউ!
ঐখোয় অনি লৈত্রদা মুংশিরবী ইমাগী,
নুঙাইবা 'মত্তা লৈররোই, লৈহৌ লক্ষ্মণ কোম্নুংদা।
রামনা 'সুম্না কায়বসি, তারবদা লক্ষ্মণ,
ফজ' রাঙাঙ হৈরবা, খুমখরেনে, তপ্পবু,
থোইনা, রাঙাঙ হৈশিংবা, রাঘবগী মফমদা:
হে রাঘব অথৌবা, ভরত কৌবা মহাক্না,
মীহৌ চাউবা ওইরস্থ, মতীক মঙাম্না নহাক্কী,
ঙাকশেনগনি ইমাবু, কৌশল্যাদি সুমিত্রা!
চিংননিঙাই করিস্থ, লৈতবনি মসিদা,
নচুং ইনবা ফংজবা, পীনবিয়ু ননাওদা।
ঐনা তুংবু ইন্দুনা, বন্দা চৎপা অহুদা,
পাঙথোকপদা ধর্ম্মবু, ইথৌ খণ্ডবা ওইরোইদো।
ঐনা তুংইন্দুনা চৎপনা, রঘুমণি নঙগীস্থ,
কান্নববু ওইগনি, ঐগীস্থ নীংবা থুংগনি।

লম্বী তাকুনা য়াম্মুংগী, লিরুং-তেনবু পায়দুনা,
মাঙবু থানা চত্তুনা, ইথৌবুদি পাংগনি ;
জানকীদি সীতাগী, মপানীংবা রামগী,
মুমিৎ খুদিংগী ঐহাক্না, মহৈ-মরোং থোমগনি ;
তপস্বীশিংনা চাবদা, কবা চিঙ্গাক ওইরবা,
থোমজিনগনি মরুম্মু, বন্দা ফংবা অতৈম্মু ।
চীং কয়াগী চীংদোম্দা, চিংনবিবা লৈতনা,
বৈদেহীগা লোয়ননা, মুঙাইনা মতম লেনবিয়ু ।
ইবুঙোনা তূম্নিবা, তূম্বিদবা মতমদা,
থবক-থৌরম খুদিংমক পাঙথোকচনি ঐহাক্না ।
লক্ষমণগী রাসিবু, তারবদা থোইদোক্না,
হরাওরবা রামনা. অম্নমবু খুমথরে :
হে সৌমিত্রী চৎলসি, বন্দা চৎসি নহাকন্তু,
মরুপ-মপাং লোয়নবা' উন্নদুনা মথোযবু,
বিদাযবুদি লৌকরো' লোইরো থৌরাং অপুন্বা ।
ব্রাহ্মণশিংগী মরক্তা, অথোইবা লল ওইরবা,
রাঘবদি অনিনা, বন্দা চৎপা তারবা,
রাম-লক্ষমণ শকহেনবা, বৈদেহীগা লোয়ননা,
দশরথ নিংথৌরেব, মপাবুঙবু উন্নবা,
মথোয় অহুম পুন্ননু, গুরুমজবা চৎখ্রে ।

থম্বাল লৈনা ঙমজবা, সীতানা মাগী ওইরবা,
মপা লৈত্রা অথোইবা, মতিক মঙ্গল চাওরবা,
শংবান্নবা রাঘব ; রথ থোৌবা সূত-দা
হায়খ্রেবে তাকপিয়ু, রাম লাকপবু নিংথৌদা ।
সুংশাম্বর অকনবা, হোন্দুনা নিংথৌ লৈবদো,
রথ থোৌবা সূত-না, চঙথিবদা উথরে ।
মচা রাম মরমগী, থোইনা রারবা নিংথৌদা,
খুবাম অনি লোম্লনা, সুংস্রনা হায়খরে :
মী মরক্তা অথোইবা, নিংথৌরেনগী মপারী,
রামচন্দ্র লাক্লনা, অচৌবা বন্দা চৎনবা,
থৌরাং পুম্বা লোয়ত্নুনা, থোংদা লেপ্লুনা লৈরে ;
জগৎ মপু নিংথৌরেন, উরবিয়ু নপারী ।
মহাত্মা ওইবা নিংথৌরেন, সত্যবাদী নরেন্দ্র,
অচুম্বা ঙাঙবা অথোইবা, তাইক-মপুনা খুমখরে :
হে সুমন্ত্র পুরুকউ, ঐগী রাণী অপুম্বা ;
ঐগী রাণী পুম্বনা, কোয়শিন্দুনা লৈবদা,
ধর্মাবতার ওইরবা, 'থোইবা ইচাবু য়েংমিংঙি ।
নিংথৌ য়াথং তুংইন্না ; পুক্চেল তপ্লবী রাণীশিং,
সুমন্ত্রনা কৌরুরে, কৌশল্যানা চিংলবী,
নিংথৌলৈমা থিবিক্তো, তপ্না ঈংনা লাকখরে ।

রথ থোবা সুত-না; রাম-লক্ষমণ সীতাবু,
লমজিংহনা থুনবু, নিংথৌ নাক্তা পুথরে।
সুংশিথোইবা মচাবু, উরবদা নিংথৌনা,
থুনা-য়াংনা মাঙদবু, রাম নাক্তা চৎথরে :
রাম নাকপু য়োঙমদ, থুমহত্তুনা রাবনা,
লৈমায়থক্তা নিংথৌরেন, রাম্বহনা তুথরে।
থোইনা রাবা মরম্মা, অন মাঙলবা নিংথৌবু;
রাম-লক্ষমণ অনিনা, কোনথৎখরে নীংথিনা।
মতম চহাক লৈরগ', জ্ঞান লাক্লবা নিংথৌদা,
অরাবগী ঈপাক্তা, লুপ্লবা তাইবং মপুংদা,
থুবাম অনি লোম্বনা, রামচন্দ্রনা হায়খরে :
হে নিংথৌরেন অথোইবা, লাকচল্লিদো নচানা,
দণ্ডক বন্দা চৎলমদাই, পহৌগী কিদার নিজরী।
ঐথোয় পুম্বা অনিগী, মপু ওইবা নিংথৌনি,
থৌজাল লৈবা মীৎয়েংনা, য়েংকিয়ুবে নচাদা,
দণ্ডকারণ্য চৎলমদাই, সুংশিবিয়ু অপোকপা।
হে নিংথৌরেন অথোইবা; লক্ষমণদি ইনাওস্থ,
বন্দা ঐগা লোয়ননা, চৎনবা য়াথং পীবিয়ু।
দণ্ডকারণ্য চৎপদা, তুংইনগনি সীতাসু!
মরম কয়া পীত্থনা, চৎকস্থ হায়বা অপুম্বা,

য়াবা লৈত্রে মথোয়না, তুংইনগনি লেপথরে ।
ইকাই খুম্নবা পুম্বগী, হোৌরককম ওইবা নিংথৌরেন,
মচা থিবিক অহুদা, প্রজাপতিনা ভোবগুম,
লক্ষ্মণ, সীতা অমদি, রামচন্দ্র অহুমদা,
থাদোক্কুনা অবাবা, পীবিয়ু য়াথং ঐথোয়দা ।
বন্দা ঐনা শোইদনা, চহি তরা-মরিবু,
নিংথোগী রাশক ঙাক্কুনা, হরাওনবু লৈগনি ।
পামদে ঐনা রাজ্যবু, লৈবাক ঙাক্কে নীংলুদে ।
তরা-মরি চহিবু, রাশক ঙাক্কুনা ঐহাক্না,
লৈরুরবা তু হুদা, হল্লক্কুনা কোম্বুংদা,
ধর্ম্মাত্মা ওইবা নিংথৌগী, থুয়া-থম্বাল অনিবু,
থোইনা ইকাই খুম্নবা, শোকচগনি হন্নবু,
অচুম্বগী থৌরিনা, লেংঙমদনা পুম্নবা,
কৈকেয়াদি রাণীনা, ইনশিনবদগী রারবা,
ভোংথা-নাওইনা লৈরবা, থোইমা বারবা নিংথৌরেন,
শুংশিথোইরবা মপারী, রামচন্দ্রনা হায়থরে :
রঘুশাগৈদা পোক্লবা, রঘুমণি ইবুঙো,
রাশক ঙাকপা অথোইবা, রামচন্দ্র নহাক্না,
অথোইবা মীংলেন মাঙদনা, মুঙাই-য়াইফ ওইহুনা,
মতম চুপ্পা লৈনবা, অরা-মনা লৈতনা,

হল্লক্লবা কোন্নুংদা, য়ৈথাই-খিনগাই লৈত্রবা,
মঙ্গল ওইবা লম্বীদা, চৎলু রাম চেকশিন্না ।
পূন্নমক্তগী থোইদোক্লা, ধর্ম্মাত্মাবু ওইরবা,
রাঘবনা য়াথংলু, নিংথৌরেন্দগী ফংবদা,
মমাগীদি মফমদা, হুংশিনবু হায়খরে :
পলেম ইমা অপোকপী, থাদোকপীয়ু অরাবা,
অরা-অনা নিংথৌগী, য়েংতুনবু লৈবিহৌ !
ঐনা বন্দা লৈবক্তী, অরোইবদি মতমদো,
থাক্লৈশেংনা থুনমক, ওইরকনি অপোকপী !
তরামরি চহিবু, থঙহৌদনা হৌগ্রগা,
য়ৈথাই-খিনগাই লৈতনা, মরুপ-মপাংনা কোয়তুনা,
অযোধ্যাদি কোন্নুংদা, হল্লক্লবদা ঐহাক্লা,
তশেংনমক ইমাবু, উরখিনি নচাবু।
অসি রাবু হায়রগা, রাম-সীতা লক্ষ্মণ,
নিংথৌগী খোঙবু শোক্লগা, থুবাম অনি লোমনা,
থোইদোক্লবু নোল্লুক্লা, ধর্ম্মাত্মাবু কোয়খয়ে ।
অরা পোৎলুম পুরবা, কায়বা' মৈশা লাঙলবা,
ধর্ম্ম লৈবা অথোয়বা, রঘুমণি রামনা,
নিংথৌগী বিদায় লৌতুনা, সীতা দেবী লোয়ননা,
থোইদোক্লবু নোল্লুক্লা, থুরুমখরে কৌশল্যা ।

রামচন্দ্র ময়াম্বুঙ, তুংইল্লিবা লক্ষমণ,
কৌশল্যাদি মমাবু. খুরুমখরে নোল্লুক্লা।
অপোকপীদি ওইরবী, সুমিত্রাদি মমাগী,
খুয়া-থম্বাল অনিবু. শোকখরে লক্ষমণ।
কপ্তুনবু লৈরবী, অপোকপীদি সুমিত্রা,
অচৌবা খুৎলায় পায়দুনা, রামবু ঙাকপা বন্দবু,
চৎনবা থৌরাং তৌরবা; লক্ষমণদি মচাগী,
অফ-সুডাইতা নীংদুনা, লৈজরবী মমান',
খুরুমজরিবা মচাদা, বিদায় পীদুনা হায়খরে :
মরুপ-মপাং থিবিক্লা, ফনবতা থল্লবা,
হে লক্ষমণ নহাক্ক', তুংইন্দুনা রামগী,
তরু মরি চহিবু, বন্দা পুন্স লেল্লুবা,
য়ারবনি ঐহাক্ক', পীদ্রবনি অথিংবা।
রামচন্দ্র নয়াম্বুঙ, মানা বন্দা চৎপদা,
মতম লৈবা থিবিক্লা, চেকশিন্দবা তৌগনু।
চাউথৎ সুঙাই ওইবদা, অরাবদা তাবদা,
পাপ চেন্দ্রবা নহাক্লা, চঙজক্‌মি রামগী।
তাইবং পানবা অসিদা, অফবা মীগী ধর্ম্মদি,
ময়াম্বুঙদি অহনগী, য়াথংতবু ইন্দুনা,
মথাপোন্না লৈরবনি, কাউগনুকো লক্ষমণ।

রামচন্দ্র নয়াথুং, দশরথনি থনগানি,
জনকনদি পোক্লবী, সীতা কোবী ইমৌবু,
অপোকপীদি নমানি, সুমিত্রা ঐনি থনগানি,
দণ্ডকারণ্য মহুবু, অযোধ্যানি থনগানি,
হুংশিরবা ইংঙো, চৎলু পূক্লিং হুঙাইংগা,
তরা-অনা লৈতনা, লৈরুরোদো বম্বু।
বন্দা লৈবা মতম্বু, পারহুনা নিংথোনা,
মবুঙো'দি রামবু, তুংইঙ্গরিবী সীতাদা,
দশরথ মকুনা, ফিজেৎ লৈতেং পীথরে।
রাম-লক্ষ্মণ সীতানা, ফম্লবদা রথদা,
শগোল শাকৈ থাহুনা, হুমিৎকী মমাড থানবু,
বণগী মায়কৈ পাংহুনা, সুমন্ত্রনা খোথরে।
প্রজা মীয়াম খিবিক্লা, হায়জবগী তুংইন্না,
দোলাই অহু থামহুনা, মানা পোকপা মচ গুম,
লুন-চান্না তৌহুনা, মখোয় পূম্বদা হায়থরে:
অযোধ্যাগী প্রজাশিং, মীয়াম পূম্বনা ঐভোন্দা,
হুংশিবিরা চানবীবা, মহুপুন্না খিবিক্তু,
ভরত কোবা ইনাওদা, উৎপীয়ু ঐনা পেন্নবা,
থোইনা হেন্না ইনাওবু, হুংশিবীয়ু প্রজানা।
কৈকেয়ীগী হুঙাইবা, হেঙ্গৎহনবা ভরত,

শাজং লমচং ফজবা, চুংশিরবা ইনাওনি।
প্রজা মীরাম পুম্নগী, চুপ্তাইনবা কনবা,
অত্থুতবু মহাক্না, মখোই খঙনা ভোগনি।
অসি বাবু হায়ত্থুনা, প্রজাগী বিদায় লৌত্থুনা,
থোইদোক্নদি চুপ্তাইবা, তমসা তুরেল ভোর্ব্বান্দা,
সীতা-লক্ষ্মণ লোয়ননা, রঘুমনি য়োৎথয়ে।
সন্ধ্যা ভোবা লোইরগা, অমুক লাকপনা রাঘব,
অযোধ্যাদি নৈলপাক্নী, ঙমথৈবুদি থুংথরে।
অসুম্নবু লাকপনা, পাম্বোম চাওবা রাঘব,
সমুদ্রগী লোয়নবী, ভালোয় ওইবী গঙ্গানা,
ভানু থঙ্গোং রাইত্থুগী, নিনথোংবগা লোয়ননা,
ঈরাওখোনদি কম্নবু, পাক্না চাউমা চেল্লিবা,
শৃঙ্গাবরপুরবু, য়োৎরবদা উথয়ে।
গুহ কৌবা নিংথৌনা, মন্ত্রি-মন্তাগা লোয়ননা,
গঙ্গানবু চেল্লিবা, মফমত্থুদা লাকথরে!
রাম-সীতা-লক্ষ্মণ, উরথরে গুহগা।
লেল্লবদা অহিংবু, অমুক মতম ওইবদা,
মনাই-মঙ্গল থিবিক্নী, পুক্রিং লাওতক্না নৈরবা,
থবাক পাকপা রাঘব, মিংচং চাওবা মামনা,
অযোধ্যাদা হন্নবা, সুমন্ত্রদা হায়থরে:

হে সুমন্ত্র নহাক্না, অযোধ্যাদা হল্লকপা,
ওইরবদা ইমানা, কৈকেয়ীদি অতোনবী,
রামনা বন্দা চৎপবু, থাজগনি শোয়দনা।
ঐনা বন্দা চৎথিবা, হয়াওত্নুনা রাণীনা,
ধর্ম্মাত্মা ওইবা নিংথৌবু, মীনম্বা ভাওই হায়বগী,
চিংনবদি লৈরয়োই, থাজদবা তৌরয়োই।
নংনা নিংথৌবু অমদি, ঐবু সুংশিবা মরমগী,
রথবুদি পুহন', অযোধ্যাদা হল্লোনে।
থাদোক্নুনা সুমন্ত্র, লোয়নরকপা অতৈসু,
ওক্র'ম্লবা গুহসু হিদা, তোংথরে রাঘব,
সীতা-লক্ষ্মণ লোয়ননা, ঈশিং ঈপাক লানথরে।
লিরুং তেন্দোং য়াল্লবা, রাম লক্ষ্মণ অনিদো,
লাল্লবদা গঙ্গাবু কোয়না, চৎথরে সুঙাইনা।
চুমিদাংরাই ওইবদা, ভরদ্বাজ মুনিগা,
গঙ্গা-যমুনা তিন্নকম, উন্নথরে মকমদা।
বন্দা লাকপা রামবু, মতিকচানা মুনিনা,
ইকাইখুম্নবা উত্নুনা, তরাম তরাম ওকথরে :
হে কাকুৎস্থ নহাক্না, নিংথৌগী রাশক ভাক্নুনা,
মকমসিদা লাক্লনি, খঙলবনি খুংজ্রিইতে।
মরমচাদনা রামবু, তরামনি চহিবু,

বন্দা থারে হায়বসি, তারবনি হান্নবু।
চিত্রকুট কোরবা, মক্কম মসি হাণ্ডলবা,
পুক্কিং হুবনি থোইদোক্না, থোইহীনবু থল্লবা,
মহৈ-মরক পাম্বীবু, মরাং কায়না ফংলবা,
রাম-নংনা লৈবদা, নুঙাইরবা লমদমনি।
ওক্কি ঐনা তরাম্না, মক্কমসিদা লাও রাম।
জানকীগা লোয়ননা, লক্ষ্মণগা রামনা,
হরাও নুঙাইবা থিবীক্না, থন্নবুদি লৈরবা,
চিত্রকুট চীংদবু, থোঙনা চত্তুনা য়োথরে।
অচোবা পাম্বোম পাল্লবা, লক্ষ্মণগী য়াম্বুঙহন,
রঘুমণি রামনা, সৌমিত্রীদা হায়থরে :
হে সৌমিত্রী হৌজিক্তি, শারো লৈক্কম অমবু.
ঐগী পুক্কিংনা মক্কমসি, ঐথোয়গী লৈক্কম ওইনিংই।
রামগী ৱাসি তাবদা, য়েক্ক' মাঙহনবা লক্ষ্মণ,
মথন-মথেল উপাম্বী, মক্কমতুদা পৈথরে।
উনাগীদি থাঙপোকশঙ, পর্ণশালা অমবু,
রঘুমণিনা লৈনবা, শাগৎথরে পন্দনা।
রাঘবদি অনিনা, জানকীগা লোয়ননা,
মঙ্গল ফবা য়েংহুনা, লাইয়াম থিবিক্তা কত্তুনা,
নিংথিজবা নুঙাইবা, লৈক্কমদবু চঙথরে।

রামনা রাথং পীহুনা, থাদোক্তুনা লাক্রবা,
সারথীবু ওইরবা, সুমন্ত্রদো হৌজিক্তি,
হুমিৎ হুম্মি শুবদা, অযোধ্যাদা গুংখরে।
রাহৈহুমক রামগী, চপ্পু মাল্লনা হোংদনা,
খুরুমজুনা নিংথৌদা, সুমন্ত্রনা তমখরে:
হে সারথী নভোন্দা, হায়রিবসিনি ঐহাক্না,
ইকোক অনি নোঞ্জনা, খুরুম্বা মতিক চারবা,
আত্মা জ্ঞাণ লৈরবা, মহাত্মা ওইবা পাবুঙগী,
খুযা-থম্বাল অনিবু, খুরুমজোকো নহাক্না।
কৌশল্যাদি অপোকপী, মভোম্দসু তম্বিয়ু,
রামচন্দ্র মচানা, খুরুমজরকই নোল্লুক্না।
সুভাই-য়াইফ ওইহৌই, অমা অনা লৈহৌদে,
তম্বিয়ুনে ইমাদা, কৌশল্যাদি অপোকপী।
মতম চুপ্পা ধর্মদা, পুক্কিং চঙনা লৈবীয়ু,
হায়জরকই রামনা, অপোকপীদা তম্বিয়ু।
রাহৈসিনু ইমাদা, শোয়দনবু হায়বীয়ু:
মতম চুপ্পা ধর্মদা, পুক্কিং চঙনা লৈহুনা,
অকক্লবা মতমদা, মৈ লৈকসু য়েংবীয়ু।
দেবতাগী মতৌগুম, পাবুঙ নিংথৌগী খোঙদবু,
হে অপোকপী রাণী-ও, খুরুম্বিয়ু তত্তনা।

অত্থগা সূত নহাক্না, ভরত কৌবা ইনাওনী,
য়াইক-সুডাই হংথ্না, ঐগী য়াসিবু হায়রুকো ঃ
হে ভরত নহাক্না, ইমাগী রাণী পুবদা,
ধর্ম্মগী লম্বি তুংইন্না, লমচৎ কায়দনা চৎলুকো।
হে নিংথৌরেন পাঙ্গনবা, অসুমবু হায়থ্না,
মিংচৎ চাওবা রামদো, অভাওবা খম্নাল মতৌগুম,
মীৎ অনিথু ভাওনবু, অতৎ-অথম লৈতনা,
সুংহিরুবু কপ্পুনা, পিগী ইরা শিন্থখি।
সূতগী ৱাসি তাবদা, দশরথ নিংথৌরেন,
থাংভবদনা রামবু, শিন্থখরে পিরাংবু।
মতেক-মতেক য়াইহনা, পিরাংনবু শুমহৎনা,
নিংথৌরেন্না সূতদা, তেংথা নাওইনা হায়খরে ঃ
পাপ চেন্নবা ইমুংদা, পোক্নবীদি কৈকেযী,
ইনশিন্দুনা মহ রুপ, হিরম খুদিং হৈশিংবা,
পাওতাক পীবা হৈরবা, অথুপ-অরানবা খঙলবা,
অহল-লমন থিবীক্না, তামহৌদরে ঐহাক্না।
থবক অসি ঐহাক্না, খঙ্কবা তৌদনা,
ইনশিন্দুনা হুপীনা, মরুপ-মপাং পুম্ববু,
মন্ত্রি খিবিক লৈবম্সু, বেদ শাস্ত্র খঙবম্সু,
তামরুবা তৌদনা, পাঙথোকখরে থুনবু।

মপানীংবা অথোইবা, রামচন্দ্র য়াওদনা,
মীকুপ অমা ফাওবদা, ঐনা হিংবা ওইখোক্তে।
হে রামমুক্ত হে রাম, হে তপস্বিণী বৈদেহী,
দশরথ ঐহাক্না, বাবনা মরম ওইদুনা,
মতেং ফংদ্রবা অমগুম, থম্মোয় মৈচাক পুগুমদা,
শিগদৌরিবা অসিবু, থগুদ্রেদকো নখোয়দি।
তেংথা-নাওইনা অস্নুয়া, অতৎ-অথম লৈতনা,
শিন্তুরকপা পিরাংনা, থুক্কাৎখরে নিংথৌরেন।
অরা-মৈচাক পুগুমদা, খায়ন' মৈশা লাংদুনা,
রামবু পোকপী কৌশল্যা, 'মদি সুমিত্রা মমাগুদা,
দশরথ নিংথৌরেন, তাইবং পুম্সি থাখরে।
জগৎ মপু ওইরম্বা, চৎপ্রবা স্বর্গদা,
চাকখোপ্রবা মৈগুম্না, নিংথৌ হকচাং লৈহৌবা,
থাউগী পাত্র অমদা, মন্ত্রীশিংনা থমখরে।
পুম্নমকপু থগুলবা, মন্ত্রী থিবিক অদুনা,
শিরবা নিংথৌ হকচাংবু, নিংথৌমচা 'মত্তম্নু,
য়াওদনবু পোৎলোয়বা, পামদদুনা থমখরে।
হৌখিদুনা অহিংবু, অয়ুক মতম ওইবদা,
লৈপাক তাকপগী, থবক্তা, হৈশিংলবা মীশিংনা,
অপুনবা সভা কমদুনা, নিংথৌগীদি পুরোহিৎ,

বসিষ্ঠগী মফমদা, মায়োক্লনা হায়খরে :
হে বসিষ্ঠ অথোইবা, ইক্ষ্বাকু শাগৈ' পোক্লবা,
মুপা 'মবু পন্দনা নিংথৌবুদি হায়রীয়ু।
নিংথৌনা সত্য ওইবনি, নিংথৌনা ধর্ম্ম ওইবনি,
অচৌ-অশাং খিবিকপু, ম্নোকপী-থাকপীবা মকাক্লি,
প্রজা মীয়ামগী ফনবা নিংথৌ মানা তৌবনি।
রা অসিবু তাবদা, বসিষ্ঠনা খুমখরে :
ভরতনা পোয়নবা, মনাও'বুড়ো শত্রুঘ্ন,
রাজগৃহদা লুঙাইনা, মতোমগীদি য়ুমদবু,
অরাবা পাউ অসিবু, তাদনবু লৈরিবা,
মচিন-মনাও অনিবু, পুরক্লবা কোম্নুংদা,
অয়াংবা শগোল থোহনা, থুনা পাউ পুবা চৎসনু।
মসি নত্তনা ঐথোয়না, লৈতে অতৈ তৌনিঙাই।
অমুক পনবা তৌদনা, থুনা-য়াংনা পাউপুবা,
বসিষ্ঠগী রাসিবু, তারবদা চৎখরে।
গিরিব্রজ কৌরবা, অথোইবদি নগর,
থোইনা থুনা চৎলবা, দূতশিংহনা থুংখরে।
পাউপুবশিংনা পন্দনা, উমরবদা ভরত,
থোঙবু শোক্লা নোল্লক্লা, খুরুমহনা হায়খরে।
ধর্ম্মাত্মাবু ওইরবা, হে ভরত অথোইবা,

মন্ত্রী খিবিক য়াওনবু, য়াইফববু ওইবিবা,
পুরোহিৎ নিংথৌগী, বসিষ্ঠনা খওনিংই।
থুনমকপু ইবুঙো, অযোধ্যাদা লেঙবিসি।
লৌবিগদবা অরুবা, লৈয়ে থবক অমবু।
রাসি তাবদা ভরত, অমুক পনবা ভৌদনা,
শত্রুঘ্নগা লোয়ননা, মমা পোকপা মতোনগী,
য়ুধাজীৎ কৌবা মামগী, বিদায়বুদি লৌদুনা,
কাখৎখরে দোলায়দা, খোঙশানখরে থুনবু।
মীময়ক্তা অথোইবা, মীথোই-মীহেনবা ভরত,
মাঙদা অযোধ্যা লৈরিবা, রঘুশাগৈগনা পাল্লিবা,
অহিং ভরেৎ লম্বীদা, লেল্লবদা উরক্লে।
রাথল খম্না ভরত, সারথীদা হায়খরে:
হে সারথী ঙসিদি, ফত্তবদি খুদমশিং,
মমাংগৈঙগী মতমদা, রঘুশাগৈ নিংথৌশিং,
লৈখিদবা তানফমদা, তাখিবদি থৌদোকশিং,
মফমসিদা পুম্নমক, উবা ফংলে ঐহাক্না।
সারথীগী মফমদা, অস্থুম্নবু হায়রগা,
পুক্নিং তথক-তথক্না, কোম্নুং চঙখরে ভরত।
দশরথ নিংথৌরেন, মপাবুঙগী লৈফমদা,
উদ্রবদা অপোকপা অপোকপীদি মমাগী;

লৈফম্ব‌ুদি তম্নবু, ভরতনা চৎখরে।
লমদম তাম্না লৈরুবা, মচানা লাকপা উবদা,
কত্তবীদি কৈকেয়ী, সুত্তাইখরে মথরাই!
মপামরা মশাবু, খংবী-হৈবীনি খন্দুনা,
মচাগীদি মফমদা, অসি রাবু হায়খরে:
হে ভরত ইবুঙো, নঙবু সুংশিবা মরমগী,
রামচন্দ্রবু নিংথৌনা, রাজাভিষেক তৌগনি,
তারবদা ঐহাক্না, অমুক পনবা তৌদনা,
নঙোন্দা রাজ্য পীবিয়ু, রামবু বন্দা থাবিয়ু,
নপাবুঙগী মফমদা, নীজখিদো নিংথৌদা।
নপাবুঙদি নিংথৌনা, শকখিবা রাশক ঙাক্লুনা,
ঐনা নীজবা অদুমক, পাঙথোকখিদো পন্দনা।
লক্ষ্মণ-সীতা লোয়ননা, রাম বন্দা থাখরে।
সুংশিরবা মচাবু, উদ্রবদা নিংথৌনা,
থোইনা মীংচৎ চাওরবা, তৌবা ঙম্বা অথোইবা,
মচাগী থোইনা রাবনা, পত্থখরে নিংথৌরেন,
কেমদুনবু কেনখরে, থাদোকখরে তাইবংপান।
হে ধর্ম্ম খঙবা নহারা, রাজ্যবু বায়েন-থৌদাবা,
লৈপাক ঙাকপগী থবকসি, লৌরো হৌজিক ভরত।
নঙগী মরমগীদমক্তা, ঐনা অস্থুম্না শিনবনি।

থাদোক্লনা অরায়া, অনুতাপ ছৌববু,
থৌনাফনা লেঙদনা, লৈপাক চাকউ ভরত।
অযোধ্যাবু কৌরবা, নগর অসি হৌজিক্তি,
মরাচেৎলবা রাজ্যসি, নঙগী য়াথং চাইনরি।
দশরথ মপাবুঙ, নোঙ্গাখরে তাবদা,
রাম-লক্ষ্মণ অনিস্থু, বন্দা থাখরে খঙবদা,
ঙমথৈ লৈতনা রাববা, ভরতনা হায়খরে ঃ
থাজৈশেংনমক এঙোন্দা, করি কায়নি রাজ্যসি।
দশরথ অপোকপা, য়াম্বুঙ ইপাগা মান্নবা,
কায়নববু ফংলবা, অরাবদা তাররবা,
তোল্লবাদ এঙোন্দা, অরেম্বনি রাজ্যসি।
রঘুকুল মাঙনবা কালরাত্রী মতৌঙুম,
লাক্লবমি নহাকসি, ফক্রবীদি ইমা-ও!
ধর্ম্ম দুংশিবা অথোইবা, নিংথৌরোন্দ পাবুঙবু,
কক্ত নৌশিং তৌত্নুনা, ইমা নঙনা মাঙহল্লে।
ধর্ম্মাত্মাবু ওইরবা, মাতিক-মণ্ডণ লৈরবা,
পূকচেল চাওবা রাঘব, লাই-গুরুবু ওইরবা,
অহল-লম্মন খিবিক্তা, মথৌ খঙনা চৎলবা,
রঘুমণি য়াম্বুঙনা, কৌশল্যাদি অপোকপী,
মাপী মকমদা চৎপগুম, কিদমনিঙাই ওইরবা,

লমচৎ অহূ নঙোন্দা, চৎলিবনি ভশেংবা।
ইমাহনবু ওইরবী, ধর্ম্ম চেল্লবী কৌশল্যা,
থোক্লগদবা উরবী, মহাক্লস্থ নঙোন্দা,
পোকমিন্নবী ওইরবী, মনাওমুপী মঙোওম,
ফজরবা লমচৎপু, চৎলিবনি কায়দনা।
কৌশল্যাদি ইমাগী, মুমিৎ-থাবু ওইরবা,
পূক্লিং থুহ্‌ম চল্লবা, অথোইবদি রামবু,
শেৎহন্দুনা উকুবু, বন্দা থাবা অহূদা,
পাপ চেল্লবী ওইরবী, ইমা নঙনা করম্না,
অরাববু পোক্লবা, নূংঙুম থম্মোয় কল্লিবা।
রাঘবগী মফমদা, ঐনা করম ওইবনো,
কল্লক-চাওবী ওইরবী, ইমা নঙনা থঙদেদো।
মরমহূনা নহাক্লা, ঐগীদমক রাজ্যবু,
পাম্লবগী মরম্না, অসিগুম্বা চাওরবা,
মাঙ-তাক্লবা থবকসি, পাওথোক্লবনি পঙনা।
রাম-লক্ষ্মণ কৌরবা, মীথোই-মীহেনবা অনিবু,
ভবা ফংদনা ঐহাক্লা, করি শক্তি লৈহ্রনা,
পাক-চাওরবা লৈপাকসি, ঙাকশেনবা ঙমগনি!
অকনবা যোগ ভোহ্না, মন্ত্রবস্থ ঐহাকী,
বুদ্ধি-লৌশিংগী পাঙ্গম্না, রাজ্য ঙাকঙম্বা শক্তিবু,

ফংঙরবস্থ ঐহাক্না, নচাগীনি হায়হুনা,
কল্লক-মীহৌ চাওরবী, ইমা নঙগী অপেনবা,
ওইহল্লোইদো লেপ্পমক, ধর্ম্মবু কায়বা তোৱোইদো।
রামচন্দ্রনা নহাকপু, অশোকপীদি মমাগুম,
চায়-লুনা সুংশিনা, তোরম্ববু নত্রাদি,
হে ফত্রবী নহাকপু, থাদোকপদা ঐহাক্না,
পামদববু কৱিস্থ, লৈৱম্লোইদো পুক্লিংদা।
হে কৈকেয়ী তমথিবী, নত্তবা চৎপা নহাক্না,
কৱিগুম্বদা রাজ্যসি, ফংসদবা লৈৱোইদো।
ধর্ম্ম লৈতবী ফত্তবী, ঐবু শিত্রে খন্দুনা,
অরাখত্তা ফংডুনা, তেংথা-নাওইনা কপচোদো।
ধর্ম্ম চেনবা অথোইবা মহাত্মা ওইবা রামনা,
দশরথ নিংথৌনা, নঙগী মফমদা কৱম্বা,
মাঙনববু তৌথিব, লৈৱহুনা মথোয়না,
নঙনা মৱম ওইডুনা, বন্দা চৎপা শিববু,
মতম'মত্তদা মথোয়দা, কৱম্ববু থোকখিবা!
মমাগী শকফম লৌহুনা, য়েক্লববু ওইরবী,
তমথিৱবী ফত্রবী, রাজ্যবু কল্লক মীহৌবী,
মপুৱোইবা হাৎলবী, মায়োক্লনা ঐহাক্না,
ঙাওনবদা রাবুদি, মতিকচাদে নহাকসি।

লৌথুপ-লৌকোয় লৈরবী, খণ্ডদবরা নহাক্না,
কৌশল্যানা পোক্লবা, রামচন্দ্র য়াম্বুণ্ডদি,
মতমলৈবখিবিক্তা, মরি-মতা পুম্বণ,
চণ্ডজফম্নি মহাক্না, পাবুঙগা মাম্নৈ ঐঙোন্দা।
ফজ্রবীদি নহাকসি, মৈমুংদবু চোংশিনজৌ,
নক্রগা বন্দা চৎচখো, ছকশমদা থৌরী পুল্লগা,
য়ান্দুনবু শিজখো, মতুনা মতিক চাবনি।
কৈকেয়ীনা পোক্লবা, ধর্ম্ম খণ্ডবা ভরত,
অবা' মৈচাক খাংজমদা, 'মুম্না মমাদা ভাণ্ডখরে।
রাঙাঙ কৈৎদা রাঙাঙদা, অথোইবা মুণি বসিষ্ঠ,
ভরতকীদি মফমদা, থেমজিন্দুনা হায়খরেঃ
মীঃচৎ চাওবা ভরত, মচাইদুজৌ ভাবিসি,
বাবা ওক্লে ইবুঙো, অফ-মুণ্ডাই ওইবিসি।
নিংথৌরেনগী সংস্কার, মতমচানা পাংথোকসি।
বসিষ্ঠগী রাসিবু, তারবদা ভরত,
ধর্ম্ম খণ্ডবা মহাক্না, জ্ঞান তানা নিংখিবা,
প্রেতকার্য্য তৌখরে, পোৎলোইববু লোইখরে।
দশরথ নিংথৌনা, নোঙ্গাখিবা মুমিৎকী,
তরা-নিথোইনি শুবদা, শ্রাদ্ধ-কর্ম্ম তৌখরে।
তরা-মরিনি শুরবা, মুমিৎকী অয়ুক অহুদা,

পাউভাক পীবশিং নিংথৌগী, ভিম্নহুনা পুন্নবু,
ভরতকীদি মকমদা, হায়জখরে ময়ায়া:
মীংচং চাওবা ভরত, নিংথৌগী মচা ইবুঙো,
অযোধ্যাগী নিংথৌবু, ওইবিরসি হৌজিক্তি।
রাশকচেংপা ভরত, মখোয়পুম্বদা খুমখরেঃ
অযোধ্যাগী নিংথৌদি, য়াম্বুঙ অহন রামনা,
রঘুমণি মহাক্না, ওইরবনি হায়না;
ভরা-মরি চহিবু, বন্দা লৈগনি ঐহাক্তি।
দশরথনা পোক্লবা, মচা ওইবা ঐহাক্তি,
মুন্দুনা লৌবা রাজ্যবু, করম্নদি ভোগনি!
মচিন-মনাও পুম্ববু, থোইদোক্লবু মুংশিবা,
ধর্ম্মাত্মা ওইবা ভরত, অস্তম্নবু হায়রগা,
মনাক্তবু লৈরিবা, সুমন্ত্রদা হায়খরে:
চংসি রাম উররা. থুনা লান্মী খোমজিল্লো,
ঐগী রথ পন্দনা, থৌরাং তোরো চংনবা।
অঙনবদি অযুক্তা, হৌগৎলহুনা ভরত,
খ্বাইদগী কররা, রথদবু কমহুনা,
উম্ননিংহুনা রামবু, খোঙশানখরে থুনবু।
ভরতকী মাঙদবু, মন্ত্রী খিবিক চংলম্মী,
রাজপুরোহিৎ খিবিকস্থু, চংপসিদা য়াওরম্মী

নীংথিনবু লৈতেংবা, দোলায়'মদা তোংদুনা,
মমা ইবেম্মা কৈকেয়ী, লক্ষ্মণ পোকপী সুমিত্রা,
থোইনা মীংচৎ চাওরবী, রাম পোকপী কৌশল্যা,
রামচন্দ্র মচাবু, অযোধ্যাদা পুরকপা,
রায়গনি থনবদা, থোইদোক্লবু হরাওনা,
পুক্লিংবুদি সুংঙাইনা চৎপগদা য়াওখরে।
লমশাং চৎলবা তুংদুদা, চোকথরবদা শগোলশিং,
পাউতাক পীবা অথোইবা, বসিষ্ঠদি মুণিদা,
ধর্ম্মাত্মাবু ওইরবা ; ভরতনা লায়খরে :
অকন-অথৌ লাম্মীশিং, চঙলসনু বন্দবু,
রাম-লক্ষ্মণ অনিবু, উমনবা খিসনু।
মতম তাঞ্জা অসিদা, লাম্মী মীয়াম লাকপগী,
থোইনা নিনথোংবা মথোনবু, তারবদা চঙক্ল ;
শামু লমশা কাংবুগী, লুচিংবশিংনা কণ্ডাওনা,
শামু কাংবু কাংবুনা মায়কৈ খুদিংদা কোইরাং-লাং,
অকি অখং পোক্লবু, কোইচেনবুদি চেনখরে।
শামু লমশা মরাম্না, কোইনা চেনবা উবদা,
থোইনা লাঙবা নিনথোংবা, থোজেল অদু তাবদা,
সুমিত্রানা পোক্লবা, মতিক-মঙাল লৈরবা,
লক্ষ্মণগী মফমদা, রামচন্দ্রনা হায়খরে :

হে লক্ষ্মণ য়েংউনে, মীয়াম্নবু লাঙবগী,
মিল্লবা মখোল অমবু, মকমসিদা ভারেনে।
পুঙনা মপাল শাৎলিবা, সাল পাম্বী অমগী,
মথক্কুবু থুনমক, কাথক্তুনা পন্দনা,
সৌমিত্রীনা অথোবা, চাওরবা লাম্মী অমবু,
অকি-অখং পোক্রবু, য়েংখিবদা উথরে।
রঘুমণিগী মক্ষমদা, সৌমিত্রীনা হায়খরে:
লালগী ফীভেৎ শেৎপিয়ু, লীরুং তেঙ্গা থোংবিয়ু।
যুবরাজ কমখোন্দা, অভিষেকপু তৌহ্নন',
য়েক্ল-তিঙ্খং লৈতনা, অযোধ্যাদা পাল্লবা,
কৈকেয়ীনা পোক্লবা, ভরত কৌবা মহাক্না,
রঘুমণিগা ঐহাক্কা, ঐখোয় অনিবু হাৎনবা,
অচৌবা লাম্মী পুহ্না, লাক্লিবসি য়েংবিয়ু।
হে রাঘব অথোবা, ইবুঙো নঙনা মশানা,
লেঙদনা ফংকম থোক্লবা, রাজ্যত্নদগী মহাকপু,
ভরত মাগী মরমগী, বন অসিদা ঐখোয়না,
অযোধ্যাদগী তাম্নবু, তাম্ভোক্কুনা লৈররি।
অহুগুম্বা য়েক্লবা, অচৌবা লাম্মী পুহ্না,
মকমসিদা লাক্লিবা, ভরত কৌবা মহাকপু,
তশেংনমক ঐহাক্লা, হাৎপদা মতীক চাবনি

ঈংথহন্দুনা লক্ষ্মণ, সুমিত্রানা পোক্লবা,
শাউবনা খুড়ুম চল্লবা, থম্মোয় ঈথক হৌরবা,
মনাওগীদি মকমদা, রামচন্দ্রনা হায়থরে :
থোইনা শক্তি লৈরবা, বুদ্ধি-লৌশিং চঙথোনবা,
লাক্লবদা ভরত, মকমসিদা মশামক,
অচৌবা লাম্মী পুড়ুনা, লালগী থৌরাং তৌহুনা,
করি তৌগনি ঐহাক্লা, মসিঙ্গবা মতাংদা,
কায়গদবনি লৌরুং-তেন, অরেম্বনি থাঙ-চুঙ্গোয় ।
নিংথৌরেন্দি অপোকপা, ময়াথংবু তুংইম্না,
অকনবা রাশক ঙাক্লুনা, বন্দা পুন্সি লেল্লিজৈ,
মকমসিদা লাক্লবা, ভরত কৌবা ইনাওগী,
মাঙহন্দুনা মথরাই, ঐনা রাজ্য ফংলগা,
হে লক্ষ্মণ, হায়য়ুনে, ঐনা করি তৌননি,
মিংথৌবা চোপ্পা লৈরদা, অরেম্বনি রাজ্যসি ।
মরি-মতা অমদি, মরূপ-মপাং শিবমা,
চাওখৎ-মুঙাই ফংবদো, হূপী চিঙ্গাকুম ওইবদো,
কদৌজৈদম্ব ঐহাক্লা, লৌনিংদেদো লেপ্পমক ।
রাশক্লিসিনি লক্ষ্মণ, নঙগীদমক্তা ঐহাক্লা,
ধর্ম্মতানবা অহুগা, লন-থুম লৈবা অহুবু,
অপাম-মুংশি কামবু, পৃথিবীবু পাম্বনি ।

হে লক্ষ্মণ, ঐহাক্না, খুৎলায় শোক্তুনা বাশক্লি,
ঐনা হায়রিবা অচুবা, অসিগীদমক্তবু,
ইচিন-ইনাও থিবিক্কী, মুত্তাই-য়াইফ ওইনবা.
নৈমিয়ানবা চায়না, ঐনা রাজ্যবু পাম্বনি।
সমুদ্রনা কোইশিনবা, পৃথিবীসি ঐগোন্দা,
হে লক্ষ্মণ মুংশিবা, ফংবদা রাবা নত্তেদো।
ধর্ম্ম নত্তবা তৌহনা, ইন্দ্রমক্কী খুতমস্তু,
হে সৌমিত্রী অথোইবা, ঐনা পাম্মুবা নৈতেদো।
কৈকেয়ীদি ইমাগী, মণি ওইবা ভরত,
সুমিত্রাদি ইমাগী, লক্ষ্মণ'মদি শত্রুঘ্ন
ইংাও নখোয় অহুম্না, চায়-চিয়না নৈত্রদা,
ঐনা মুত্তাইবা অপুম্বা, পুন্সিসিদা নৈরোইদো।
নখোয় অহুম য়াওদনা, ঐগোন্তদা মুত্তাইবা,
পুরকপা য়াবা পোৎশিংদো, উৎ ওইনা মৈনা চাকসন্নু।
হে অথৌবা লক্ষ্মণ, মীমরক্তা অথোইবা,
ঐনা খল্লিবা রাথলসি, তাওনে পুক্নিং চঙনবু:
মচিন-মনাও পুম্ববু, মানা থোইনা মুংশিবা,
পুন্সিদগীম্নু ঐহাক্কী, মাবু হেয়া পাম্মুবা,
ভরত কৌবা ইনাওনা, খুংলবদা অযোধ্যা,
জানকীদি সীতাগা, লক্ষ্মণ নতগা লোয়রনা,

কোক্তা জটা পুন্দুন', উকুবুদি শেগুনা,
ঐনা বন্দা চৎপগী, তারিগনি রামীবু ।
পারী-পুরী থিবিক্লা, কাইদনবু চৎলকপা,
রঘুকুলগী ধর্ম্মবু, নীংশিংত্রনা মহাক্লা,
রাবনা রাখল ঈথকহৌ, সুংশিবনা থম্মোয় থন,
ঐখোয় অহুম উমবা, ল্যাকপনি 'সিদা তশেংনা ।
অতৈ অতোপ্পা মরমগী লাকপা নত্তে বনসিদা,
ঐখোয়বুদি উমবা, লাক্লিবনি ভরত ।
কৈকেয়ীদি অপোকপী, মমাদবু শাউহনা,
অয়াকপা রাবু হায়ত্রনা, ঈংথহন্দুনা নিংথৌবু,
নিংথৌগী মচা ওইবদা, মতীক চারবা ভরত,
ঐতোন্দা রাজ্য পীনবা, লাক্লিবনি বনসিদা ।
ভরত কৌবা মহাক্লা, ঐখোয়গীদি মকমদা,
মাগু-তারুবা তোগেবু, পুক্লিংদবু থল্লম্লোই ।
হে লক্ষ্মণ নহাক্লা, ভরত কৌবা মহাকপু,
হৌজিক কিরিবা অসিবু, চুম্মী হায়নিঙাই ওইনবা,
করিগুম্বদা মহৌশা, নতোন্দবু মহাক্লা,
সুংশি হৈতবা থককপু, তৌথিববু নৈবরা ।
হে সৌমিত্রী নহাক্লা, ভরত মাবু তমথিনা,
সুংশি হৈতবা ব'হৈনা, করিগুম্বদা ঙাওকদে ।

ভরতকীদি মফমদা, মুংশিহৈতবা উৎপদি,
ঐঙোন্দবু নহাক্না, মুংশিহৈতনা তোখনি ।
মচানা মপা হাৎপবু. ওইথোক্কনি করম্না ।
তশেংনমক লক্ষ্মণ, থমথেংবা মতাংদা,
মশাগী থরায় ওইরবা, মচিন মনাও থোরবা,
'মগা 'মগা হাৎনবা, খনবৈদবনি মসিদি,
অসিগুম্বা বাসিবু. রাজ্য পাম্বা মরমগী.
নঙনা ঙাঙবা ওইরদি. উমরবদা ভরত.
হায়গনি ঐনা মঙোন্দা, নঙোন্দা রাজ্য পীখোবু।
ঐনা হায়বদা ভরত. পীগনি রাজ্য নঙোন্দা।
রঘুমণি ওইরবা, রামগী বাসি তাবদা,
সাল পাম্বী থক্কগী, কুমথরক্লনা লক্ষ্মণ.
খুবাম অনি লোম্বনা, ইকাই ফিরুক খুমহুনা,
রামচন্দ্রগী নাক্তবু, লেপ্তুনবু লৈখরে।
লোইনরকপা লাম্মীবু. পনবন্দুনা ভরত,
মীথোই-মীফেনবা অথৌবা, থোঙনা চঙখরে বন্দবু,
মুণি-ঋষি খিবিক্কী, লাইনিংশঙশিং মরক্তা,
মপানীংবা অথৌবা, রাঘবনা লৈরিবা,
উমা-বানানা শারবা, পর্ণকুটির উথরে ।
মাগী গুরু ওইরবা, অচৌবা পাম্বোম পাল্লবা;

রামচন্দ্র ময়াম্বুঙ, জানকীগা লোয়ননা,
লক্ষ্মণনা থৌগন ত্তৌ, কমণ্ডুলবু লৈবদো,
কে'য়না, ওাহাক য়েংবদা, ভরতন উথরে ।
অরা' ঈথক হৌরবা, মঙ্গল মশক ওইরবা,
রাঘববু উবদা, মহাত্মা ওইবা ভরত,
'ত্তেংথা-নাওইনা রানবু, রামগী খোঙবু য়ৌঙমদা,'
রামচন্দ্র নাক্তবু, চেনশিন্দুনা ছুথরে ।
মীংচৎ চাউবা রাঘবু, উবদা পিরাং শিন্দুনা,
'হে রাঘব, হে আর্য্য, ময়াম্বুঙবু কৌথরে,
মথাওানা ওাঙববু, ওমখিদরে ভরত।
পিরাংবুদি শিন্থনা, রঘুমণি মফমদা,
রাঘবগী খুয়াদা, খুরুমথরে শত্রুঘ্ন ।
কোক্তা জটা পুন্নবা, উকুবুদি শেৎলবা,
মকশিল্লবা মায়থোংনা, মাগীবুদি ওইরবা,
রাবমা য়াংবু কংলবা, ভরত কৌবা মনাওনা,
খুবাম অনি লোয়না, নৈমায়থক্তা লৈবহু,
উরবদা রাঘব, লুনা◦চায়না ত্তৌজবা,
জুংশিরবা মনাওবু, থাঙ্গৎথরে খুৎমরা ।
কোল্লহুনা মনাওবু, কমহন্দুনা তম্পাক্তা,
পুমিং ঈংনা রামনা, থৌরাংনবু হংথরে :

দশরথ নিংথৌরেন, ঐখোয়গীদি অপোকপা,
হিংলি খল্লি হৌজিকাও, লাল্লবরা ভরত।
পাবুঙ হিংবা মরম্না, নঙনা 'সিদা লাকপনি।
পুরিং রারবা নিংথৌরেন, থাদোক্লুনা তাইবংপান,
ইখঙ-খঙহৌদ' চৎখিদ্রি, খল্লিদো রাম ঐহাক্না।
রামগী রাসি তাবদা, ভরতনা খুমখরে:
মীথোই-মীহেনবা হে রাম, মতম চুম্লগী ওইরবা,
চৎনরকপা ধর্ম্মবু, রঘুশাগৈ অসিদা,
হৌজিক ফাওবা কায়দম্না, তাক্লুনবু লাক্লিদো।
মচানুপা অহম্না, হিংলিগৈগী মতমদা,
মনাওনুপা অদুনা, নিংথৌবু ওইবা য়াদেদো।
মনাওগবু লোয়ননা, হে রাঘব লেঙলসি,
চাওখৎ-নুঙাই ওইরবা, অযোধ্যাদা চৎলসি।
রঘুশাগৈ চাউনবা, রাজাভিষেক তৌদুনা,
প্রজাগী নীংবা তুংইম্না, নিংথৌরেনবু ওইবিয়ু।
ইলোনগীদি য়ুমদবু, ঐনা থাপ্না লৈব্রিগৈ,
হে রাঘব নহাক্না, চৎপ্রবদা বন্দবু,
দশরথ নিংথৌরেন, ঐখোয়গী পল্লোদো,
থুম্মৎতুনা রাবনা, থাদোকখরে তাইবংপান।
মীথোই-মীহেবা ইবুঙো, লেংখৎপীরসি হৌজিক্তি,

অশোকপদি পম্থোগী, পিণ্ড-দান তৌববু,
ঈশিং খুৎজোক কৎপবু. পাওথোকপীয়ো রাঘব,
শত্রুঘ্নগা ঐগদি. লাক্লবনি লোয়হনা ।
হে রাঘব মহাক্লা, নিংথৌরেনগী চাল্লবা,
নুংশিথোইরবা মচাবু, ওইরিবনি ইবুঙো ।
নুংশিরবা মচানা, ঈশিং খুজোক ওইরম্মু,
কচ্চরিবা অহুগী, শিথরবা পাবুঙগী,
লোয়নাইদ্রবা মুঙাইবা, পিতৃ-লোক্তা ওইগনি,
অসুম্মবু হায়নৈনদো, পাওথোকপীসি য়াব্বুঙনা ।
মপাবুঙদি নিংথৌরেন. দশরথনা শিবগী,
থম্মোয় শোকপা বাসিবু, ভরতনা হায়ববু,
জ্ঞান মাঙহনা তাবদা, বাপ্পথরে রাঘব ।
অচৌবা পাম্বোম পাল্লবা, মপাব্বুঙদি রামবু,
মনাওশিংনা কন্নবু, ঈশিংবুদি চাইদুনা,
থোইদোক্লবু চেকশিন্না, লাক্লথরে ঈংনবা ।
ঙহাক পুঙ্গোয় লৈরগা, বাম্ববু ফত্তনা,
জ্ঞান লাক্লুনা রাঘব, থোইনা বানা হায়থরে :.
হে বৈদেহী সীতা-ও, নকু নিংথৌ লৈভরে,
হে লক্ষ্মণ ইবুঙো, পাবুঙ নিংথৌ মাঙথরে ।
অরা-মৈচাক পুঙমদ', ভরতনসু হায়থরে :

ঐখোয়গীদি নিংথৌরেন, পৃথিবীগী রায়েনবা,
স্বর্গগী লমদম পাংথরে, থাদোকখরে তাইবংপান
অরা মতৌ অসিবু, উরবদা সুমন্ত্র,
থম্মোয় শোক্না ৱাৱবা, থেমজিনখরে রামবু।
সুমন্ত্রনা পন্দনা, খুদাং পায়না পুহনা,
মন্দাকিনী তুরেন্দা, লুপহনখরে রামবু।
তাইবং রায়েন থৌদাবা, মতিক-মগুাল লৈরবা,
রঘুমণি অথোইবা, মনাওশিংগা লোয়ননা,
ঈশিং খুজোক পায়রুনা, মপাবুগদা কংখরে।
থোইনা ৱাৱবা রামনা, তেংথা-মাওইনা কপ্পুনা,
পিণ্ড দানবু তৌরুনা, মপাবুগ কৌনা হায়খরে:
হে নিংথৌরেন পাক্কনবা, কচ্চরিবা পিণ্ডসি,
হাবিরুনা অপোকপা, পেনবিসিদো পন্থো-ও!
মী অমনা চাহনা, হিংনরিবা চিঞ্জাক্না,
মাগী দেবতা 'রুগীসু, চিঞ্জাকপুদি ওইবনি।
তুরেন্দগী লাক্কুনা, পর্ণকুটির থোঙজিনবু,
য়ৌরবদা রাঘব, জগৎ মপু ওইরবা,
মনাও 'বুঙো অসিবু, কৈকেয়ীগী ভরত,
সুমিত্রাগী লক্ষ্মণ, পাখোম অনিনা কোনখরে।
মতম থরদং রামনা, থাদোক্কুনা চৎখিবা,

মতম কুইনা উপ্রগুম, থল্লহনা মীয়াম্মা,
উনিংবনা রাঘব, পর্ণকুটির তমখরে।
বসিষ্ঠদি মুণিস্থ, উনিংবনা রাঘব,
দশরথ নিংথৌগী, রাণীশিংগী তুংদবু,
থা'পোকশঙ্দা উনাগী, থুনা য়াংনা লাকখরে।
রাশক ভাকপা রাঘব, মী মরক্তা অথোইবা,
মমাশিংগী খোঙদবু হৌগৎলদুনা শোকখরে।
মমাশিংদা বানবু, সৌমিত্রীস্থ য়েংখরে,
রাণীশিংগী খোঙদবু, থুরমখরে তপ্নবু।
মনেম্মোকশিংগী খোঙদবু, থুরমখরে বৈদেহী,
পিরাংনা চিংস্না চোম্নবু, লেপ্তুনবু লৈখরে।
নিংথৌরেনগী পুরোহিৎ, বসিষ্ঠগী খোঙদবু
থুরমদুনা রামনা, কোল্লদুনা লৈখরে।
ময়াম্না নীংবা ভরত, মনাওগীদি মফমদা,
লক্ষ্মণগা লোয়ননা, রাঘবনা হায়খরে:
হে ভরত হায়রুনে, করি মরমগী নহাক্না,
কোক্তা জাটা পুদুনা, শজি মচুন শেন্তুবা,
থাদোক্তুনা অযোধ্যা, মফমসিদা লাকপনো।
রামগী বাসি ভাবদা, থুবাম অনি লোমনা,
কৈকেয়ীনা পোরবা, ভরতনা হায়খরে:

ননাই ওইবা ননাওবু, থৌজানবিয়ু ইবুঙো।
ইন্দ্রদেবগী মতৌগুম, অযোধ্যাগী তাংবন্দা,
অমুক পনবা তৌদনা, লেংখংপিসি রাঘব।
লুপ্রা ওইরবী ইমাশিং, প্রজা মীয়াম পুম্বসু,
নফমদবু শাকচরি, থৌজানবিয়ু মখোয়দা।
কৈকেয়ীদি ইমাশা, পেল্লদ্রনা ঐঙোন্দা,
পীবিবদি রাজ্যসি, ইবুঙো নঙগী নফমদা,
ইকোক অসি নেংজনা, অমুক হন্না পীজরি।
অপন-অথিং লৈতনা, প্রজা মীয়াম পেন্নবা,
লৌশিনবিয়ু রাঘব, রায়েনবিয়ু অযোধ্যা।
হে অথৌবা ইবুঙো, ঐখোয় পুম্নবু ঙাকপিয়ু!
অপোকপীদি কৈকেয়ী, ননাই ওইবা ভরত,
মরূপ-মপাং খিবিকসু, মরি-মতা লৈবসু,
থাম্ব-নকপদা লৈরিবা, প্রজা মীয়াম পুম্নবু,
রঘুবীর নহাক্না, ঙাক-শেনবিয়ু রাঘব।
বন্দা পুন্সি লেন্দুনা, চিক্না লৈবা অদুগা,
ক্ষত্রীয় ধর্ম্ম ওইরবা, লৈবাক রায়েন-থৌদাবা,
অনিসিগী মরক্তা, মান্নবা করি লৈবগে।
কোক্তা জটা পুনবগা, রাজ্য-পালন তৌবগা,
লোয়ননবু পাঙথোকপা, য়াবা নত্তে রাঘব।

ক্ষত্রীয় মচা ওইরবা, হে রামচন্দ্র মহাক্লা,
থক-খা ওরবা 'সিঙবা, চংপিগনু লম্মীসি।
রাজাভিষেক তৌহুনা, ঙাক-শেনবনা রাজ্যবু,
ক্ষত্রীয় অমা ওইবগী, অথোইবদি ধর্ম্মনি।
খুহ্মচন্দুনা য়েক্নবা, পেনহন্দুনা মরুপশিং,
খৌদাবিয়ু ননাওদা, পাঙথোকচগনি নয়াথং।
অপোকপীদি কৈকেয়ী, ইমাগী দোষ অহুবু,
মীথোই-মীহেনবা রাঘব, কোকপিহুনা নহাক্লা,
ইকাইখুম্নফম ওইরবা, ঐখোয়গী পাবুঙ নিংখৌবু.
পাপ চেনবা 'ছুদগী, লাম্থোকপিয়ু ইবুঙো।
ইকোক অসি নোঞ্জনা, হায়জরিদো রাঘব,
নোম্লুকচরিবা ননাওদা, সুংশিবিয়ু চানবীয়ু।
হায়জরিবা অসিবু, য়াবিদ্রবদি রাঘব,
মফমসিদগী চুমহ্নিংনা, লেঙবিয়োনে বন্দবু,
ইমজরগনি ননাওসু, য়াম্মুঙগীদি নভুংবু,
বন্দা পুন্সি লেল্লনি অযোধ্যাদবু হল্লরোই।
ময়াম্নুঙগী মফমদা থোইদোক্লদি কমবু.
হায়জরিবা ভরত, ধর্ম্মাত্মা ওইবা মঙোন্দা,
মচিন-মনাওশিং অমদি, মমাশিংগী মমাঙদা,
থোইনা ইকাইখুম্নবা, ঙাকপিহৈবা ইবুঙো,

লক্ষ্মণগী ময়াবুঙ, রামচন্দ্রনা হায়খবে :
মীথোই-মীহেনবা নিংথৌরেন, দশরথকী মফমদা,
কৈকেয়ীদি ইমানা, বর অনি নিজখি—
নঙোন্দা রাজ্য পীনবা, ঐবু বন্দা থানবা।
কৈকেয়ীদি ইমাদা, রাশকখিবা তু·ইন্না,
ভংাই ফদনা নিংথৌনা, বর অনিসি পীবিখি।
মীগী মরক্তা অথোইবা, হে ভরত অথোবা,
নিংথৌ য়াথং অঙবু, কিগাও শানা য়াহ্নুনা,
ঐনা বন্দা লাকপান, মফমসিদা লৈবনি।
হে ভরত ইবুঙো, ঐথোয় পুম্বা পোক্লবা,
নিংথৌনা রাশক ঙাকপদা, ঙাঙখিবা বাবু চুন্নবা,
নিংথৌ খুভম লৌহ্নুনা, অযোধ্যাগী ভাংবন্দা,
অভিষেকপু ভৌহনা, নঙস্থু লোৎনফম থোকপনি।
হে ভরত নহাক্না, ঐগী মরমগীদমক্তা,
ঐথোয়পুম্বা পোক্লবা, ধর্ম্মথঙবা নিংথৌরেন,
মাগী লমন কোকপদা, তেংবাংঙুবে লেপ্পমক,
নঙবু পোকপী কৈকেয়ী, ইমাবুদি পেলহল্লু।
চৎলো হৌজিক ভরত, অযোধ্যাবু য়োরোনে !
প্রজা মীয়াম পুম্বগী, মনীংথুংনবা নহাক্না,
সিংহাসনদা নিংথৌগী, বায়েল্লুরো ফমহুনা

অমুক পানবা তৌদনা, পাবুঙগী রাশক ঙাক্তুনা,
দণ্ডকারণ্য বম্‌দা, চঙলগনি ঐহাকস্তু।
ঙস্মা ভরত মনাওবু, ঈংথহন্দুনা থেমদুনা,
ধর্ম্মখণ্ডবা রামনা, লৈরিবৈগী মতমদা,
ধর্ম্মদগী থাপ্লবা, অসিগুম্বা বারোলবু,
অথোইবদি ব্রাহ্মণ, জাবালিনা হায়খরে :
বুদ্ধি-লৌশিং লৈরবা, পূকচেল ফবা ওইরবা,
হে রাঘব নহাক্না, অচম্বা মী অমগুম,
পুন্সি পান্দম য়াওদবা, ওকবিগম্ভু ইদুঙো।
মীথোই-মীহেনবা হে রাম, চমম্মুদুনা রাখনবু,
পাম্নী-পুরীগী ওইরবা, থাদোকপিদ্ধু রাজ্যসি।
তিথ্রংনবু থল্লবা, অরাবরু পীরবা,
অকা-অকুম নাইরবা, ফত্রবদি লাতৌসি,
তৌবিগম্বু পাম্বিবা, থাদোকপিয়ু থেপাসি।
জাবালিগী রাসিবু, রাঘবনা তারবদা,
অচুম্বদা থোইদোক্না, মরাচেৎনা লৈরবা,
পূক্নিং হোংবা তৌদনা, মতিকচাবা বাহৈনা,
ধর্ম্মাত্মা ওইবা রামনা, পাউথুম্মুদি পীখরে :
হে অথোইবা ব্রাহ্মণ, ঐগী ফবা ওইনবা,
হায়বিদ্রিবা রাফমত্থ, পাঙথোকপদা হৌজিক্না,

মতিকচাবগুম ওইরস্থ, ভশেংনমক মসিদি,
পাঙথোকপদা ঐহাক্না, মতিকচাবা নত্তেদো!
কান্নবনা থনবগুম, উরবস্ত মসিনা,
রাজ্যবুদি ফংবনা, কান্নদবনি ঐঙোন্দা।
মতমচুপ্পদা হৌজিকস্থ, সুংশিবিবু ওইরবা,
চংকদবা নিয়মদো, লমচং-মওং নিংথৌগী,
সত্যবু কৌবা অচুম্বা অতুনবু ওইরক্লি।
মৎমতুনা রাজ্যনা, সত্য কৌবা অচুম্বা,
অতুমক্তপু ওইবনি, সত্যা অতু রাজ্যনি।
তাইবংপানবা অসিস্থ. অচুম্বদা লিংবনি,
মীওইবনা ফিংলিবা, সত্যনবু মরুনি।
মসি পুম্বা খঙলবা, অচুম্ববু ঙাক্লবা,
নিংথৌগীদি য়াথংবু ঐনা করম্না পাঙথোক্লোই
অচুম্বতু ঙাঙলবা, অচুম্বা চৎপা নিংথৌনি,
ধর্ম্মবুদি ঙাক্লবা, ধর্ম্মচেনবা মহাক্লি।
অচুম্বগী মরমগী, পাঙথোক্লবা অচুম্বা,
পাবুঙ নিংথৌনা ঐঙোন্দা, পীগ্রবনি যাথংবু।
থগা শাওবগুম তৌবতু, বসিষ্ঠনা খঙতুনা,
রাঘবদা অস্থুম্না, থেমজিন বাহৈনা হায়খরে:
তাইবংপানবা সিদগী, লেংলি-পাল্লিবা জীবনা,

কদায়দবু চৎপনো, করম্না অমুক তাইবংদা,
জীবনবু লাকপনো, জাবালিস্থু খণ্ডবনি।
অহুমণ্ডইনমক রাঘব, জাবালিনা রাসিবু,
অযোধ্যাদা নহাকপু, হলগন্নিংহুনা হায়বনি।
ইক্ষ্বাকু শাগৈ অসিগী, চৎনবীবু ওইনদি,
মচানুপা অহম্না, নিংথৌ খুভম লৌনৈদো।
মচানুপা অহম্না, লৈরবদি হিংত্রনা,
অভিষেকপু তৌহুনা, মচোন্দা নিংথৌ হাপকনি.
মনাও অতৈ লৈবনা, নিংথৌ ভাংবন কাহৈদে।
হে রাঘব অথোইবা, তাইবংপানবা অসিদা,
পোক্লবদা মীওইনা, লৈদো গুরু অহুম্খু,
ইকাইখুম্নফম ওইরব, পাউভাক পীবিবা আচার্য্য,
অনিশুবনা ইপানি, অহুমশুবনা ইমানি।
মীথে ই-মীহেনবা ইবুঙো, ধর্ম্মাত্মা ওইবা রাঘব,
মপা ওইবা অহুনা, মচাগী পোকপা ওইহল্লি,
আচার্য্য ওইবা অহুনা, জ্ঞান পূম্বা পীবিদো.
মরমহুনা মহাকপু, গুরুবুদি কৌইদো।
য়েক্ল-মাঙহনবা রাঘব, ঐনা নঙগী গুরুবু,
ওইরিবদি অস্নুম্না, নঙবু পোকপা নপাবুঙ,
নিংথৌরেনগীস্থু ঐহাক্লি, গুরুবুদি ওইবনি।

ঐনা নঙোন্দা হায়বসি, পাঙথোকপনা হে রাম,
অফবগী লম্বীবু, লাম্থোকপদি ওইরোইদে।।
লনাই ওইনা বসিষ্ঠ, রামগীদি গুরুন',
ঙপ্পা-ঈ'না অসুম্বা ভাকপীবসি ভাবদ,
ধর্ম্ম খঙবা অথোইবা, রামচন্দ্রনা খুমখরে:
মপা-মমা ওইবনা, মথোয়গী মচা অতৃদ',
মতমনৈবখিবিক্তা, ভৌরিবশিং অপূম্বা,
মথোয়না ঙম্বা খুদিংমক, মচ'তৃদা পীখিবা,
ঈরুজবা নাম্থোকপা লূনা-নাম্না নৈহনবা,
নুংশিরবা রাহৈনা, লোইনাইদনা ঙাঙহনা,
লূনা-চাম্না ভৌবিবা, স্বম্না চাউনবা য়োকপাবা,
পুম্নমকসি তরাইনা, নচা ওইবা অতৃন',
লম্মন শিংঙম্বা নত্তেদে', হোৎনহনস্নু কপ্পবু।
মরমতুনা পাবুঙনা, ঐগী হৌরকফম ওইরবা,
দশরথ নিংথৌন', মচা ওইবা ঐঙোন্দা,
ময়াথংবু পীতুনা, পাঙথোক্লনবা ভাকপীবা,
ঐনা মতৃবু অরানবা, কদৌন্নুংদা ভাহল্লেই.
পাবুঙ য়াথং ঙাকপনা, ঐগী অথোইবা ধর্ম্মনি
রামনা অসুম হায়রগা অমূক পনবা ভৌদনা,
থোইদোক্লা পূকচেল চাওরবা, ভরতনা লেম্রব,

রাবনা থম্মোয় পুঙমদ', সারথীদা হায়খরে :
হে সারথী নহাক্না, মক্ষম অসিমক্নদ,
লৈমায়থকসিদা চাইনবু, কুশ মনা শন্দোক্লো।
আর্য্যপুত্র ওইরবা, য়াম্বুঙগীদি মমাঙদা,
চাবা-থকপা ভোদনা, ঐনা হায়জবা অসিবু,
য়াবিদ্রিবা মখৈবু, হিপ্লগনি ঐহাক্না।
ধর্ম্মাত্মাব ওইরবা, ভরত কৌবা মনাওনা,
মতিক-মঙাল লৈরবা, রামচন্দ্রনা হায়খরে :
মুংশিরবা ইবুঙো, হে ভরত নহাক্না,
চাবা-থকপা ভোদনা, অস্তুম্নবু হিপ্রুনা
করিবু নঙনা ঐঙোন্দা, ভোহনগেবু নীংবনো!
ভাইবংপানবা অসিদা, ব্রাহ্মণ ওইবা 'দুতনা,
চাবা-থকপা ভোদনা, হিপ্রুনবু লৈদ্রনা,
মীগী লম্বী থিংদ্রনা, লৈথোকপবু য়াবনি।
ক্ষত্রীয় মচা ওইবনা, রাজমুকুট উপ্পনা,
মতৌ অস্তুম্না হিপ্রুনা, লৈথোকপবু য়াবগী,
ভাইবংপানবা অসিদা, নিয়ম-বিধি লৈতেদো।
অকিবগী মশক ওইরবা, থাদোক্কুনা বাশক্তু,
মীথোই-মীহেনবা ভরত, হোগৎলোনে ইবুঙো।
অথোইবদি নগর, অযোধ্যাদি কোম্নুংদা,

থাদোক্তুনা মযমসি, থুনা চৎলো রাঘব।
ফজবনা থাজবু, থাদোক্লবা মতমদো,
মতমগী খোঙলৈ তুংইন্না, ওইরকপস্মু য়াবনি;
উনগী পৈফম ওইরবা, হিমবানবু নোংমদি,
চেন্দুনা মহি উরদি, থাদোক্লবস্মু য়াবনি;
সমুদ্রনা নোংমদি, ভোর্ব্বান লান্না চোংলবা,
মতম অমা লাকপস্মু, ওইথোকপবু য়াবনি;
ভৌইংঙস্মুং ঐহারা, পাবুঙ নিংথৌগী মফমদা,
রাশকখিবা অঠুদি, কবিগুম্বদা হোংলরোই।
নুংশিরবা ইবুঙো, অপাম-মুংশি কাম-না,
কলঙ্ক মীকৌ লোভ-না, অমা নক্রগা অমনা,
নঙগীদমক ইমানা, নঙবু পোকপী কৈকেয়ী,
হোংঙমদ্রবা মওংদা, শীল্লিবনি অস্নুম্না!
নপুন্নিংদা মনিগী, খন্থরুবা ভোরমু।
অপোকপীদি মমাদা, চৎপদা মতীক চারবা,
ব্যবহারডু নহাক্না, চৎকদবনি মঙোন্দা।
মতীক মঙাল কৈবদা, মুমিৎকবু মান্নবা;
প্রতিপদগী থাজগুম, ফজরবা রামদা,
ময়াম্বা নীংবা অথোইবা, ভরতনা হায়খরে:
হে রাঘব নহাকী, খোঙবু অনি অঠুনা,

সনানবু নৈতেংবা, পাদুকাসিদা নেৎপিয়ু ।
পাদুকা অনি অসিনা, তাইবংপানবা পুষগী,
মুঙাই-য়াইফবা য়েনবিব', ওইরগনি শোয়দনা
মতীক-মঙাল লৈরবা, মীথোই-মীহেনবা রাঘব,
পাদুকা 'নিঙ্গু নেৎলগা, ভরততা পীখরে ।
পাদুকা অনি অহুদা, খুকপ্লহনা ভরত,
মহাত্মাবু ওইরবা, রামচন্দ্রদা হায়খরে :
রঘুনন্দন অথৌব', য়েক্লববু মাঙহনবা,
ননাও ওইবা ঐহাক্ল', তরা-মরি চহিবু,
কোকা জটা পুন্দুনা, উকুবুদি শেত্তুনা,
ফল-মূল অফংবা, উচৈ-মরক্তা চাদুনা,
নগরগীদি মপান্দা, রাঘবগী ওইরবা,
পাদুকা অনি অসিদা, শিন্নহনা রাজ্যবু,
ইবুঙোনবু হন্নকপা, ঙাইহনবু লৈজনি ।
হে রঘুত্তম নহাক্লা, তরা-মরি চহিবু,
শুরবদি মুমিত্তা, ঐনা নঙবু উরদি,
লেপ্পমকপু ঐহাক্লা, মৈনুংদা য়ু চোঙশিনি ।
শোয়দনবু হল্লক্কি, হায়রহনা মহাক্লা,
ভরত 'মদি শত্রুঘ্ন, কোনবিখরে মুংশিনা,
বিদায় তৌদুনা মনাওবু, রাঘবনা হায়খরে :

কৈকেয়ীদি অপোকপী, ইমা মাগী মফমদা,
অশাউবদি উংকন্নু, মসি নঙনা ঙাকউনে ।
হে রাঘুত্তম নঙোন্দা, ঐনা অমদি সীতানা,
নঙনা ঙাক্লা চংনবা, পীরবনি রাশকসি ।
অসি রাদি হায়দুনা, শিরাংনা মীৎস্না চোন্নবু,
মনাও ’বুঙো ভরত, থাদোকখরে রামনা ।
ময়াম্বুঙগী বিদায়বু, ফংলবদা ভরত,
মিংচৎ চাউবা মহাক্লা, পাদুকা অনি অহবু,
কোকথক্তবু থমদুনা, সুঙাইরবা হৌরবা,
মখোল থোকপা রথদা, কাথত্তুনা তোংখরে,
অযোধ্যাদি কোন্নুংদা, থুনবুদি য়ৌখরে ।
মচিন-মনাও বিবিকপু, চান্না-লুনা, তৌরবা,
রাশক চেৎপা ভরত, পাদুকা অনি অদুবু,
অভিষেকপু তৌহনা, অযোধ্যাদি কোন্নুংদা,
মমাশিংবু থমদুনা, মরাম্বদি রামনা,
হৃন্নকপবু ঙাইদুনা, নন্দিগ্রামদা লৈখরে ।
পাদুকাদুগী মথাদা, মতম লৈবথিবিক্লা,
রায়েন-থৌদাবা রাজ্যবু, পাঙথোকখরে ভরত ।
হনগ্রবদা ভরত, মহাত্মা ওইবা রামনা,
ময়ম কয়ামুক লৈবনা, তপোবন্ অদুদা,

মখাতানা লৈবদু পামখিদরে রাঘব।
বন অসি উবদা, রঘুমণিনা খনখরে :
তপোবন্ অসিদা, ভরত কৌবা ইনাওবু.
ইমা খিবিক অদুবু, প্রজা মীয়াম পুম্ববু,
মখোয়পুম্ববু ঐহাক্না, ফংখিবনি উববু।
তেংথা-নাওইনা মখোয়না, রানবুদি লেনখিবা.
তপোবন্ অসিনা, নিংশিংহল্লি তত্তুনা.
মসিনা ঐবু তোয়নবু, অরাবা রাখল খলহল্লি।
অম্নুম্নবু খন্দুনা, রঘুমণিনা হায়খরে :
হে লক্ষ্মণ হে সীতা, থোরাং তোরো চৎলসি,
অতোপ্পা মফম অমবু, থিজ্জুনবু লৈরুসি।
জানকীদি সীতাগা, লোয়ননবু রাঘব,
তুংইন্দুনা লক্ষ্মণ, থাদোক্তুনা মফমসি,
অতোপ্পা মফম অমদা, লৈরুনবা চৎখরে।
অত্রি কৌবা মুণিগী, আশ্রমদবু থুংবদা,
মিংচৎ চাউবা রাঘব, খুরুমখরে মুণিবু।
ভগবানবু ওইরবা, অত্রি মুণিনা মচাগুম,
তরাম-তরাম্না তৌদুনা, রামচন্দ্রবু ওকখরে।
ধর্ম্ম নিংঙিনা চৎলবী, অত্রিগী তালোয় ওইরবী.
অনস্থয়াবু কৌরবী, উন্নখরে সীতানা।

মিথিলাগী নিংথৌরেন, জনক নিংথৌ মমোমলোই,
সতী ওইবী সীতানা, মবুঙোদি রামদা,
তপস্বিনী ওইরবী, অনসূয়ানা পীরবা,
ফিজেৎ-লৈতেং লৈপরেং, খঙহনখরে পূরবু।
ঈরুজবা লোইরগা, চাকখংলবা মৈদবু,
ঈরাৎ-পূজা তৌরবা, বেদ-মন্ত্র থিররবা,
বনচুদবু লৈরিবা, তপস্বীশিংচুদগী,
মীথোই-মীহেনবা ওইরবা, রাম-লক্ষ্মণ অনিনা,
লেপ্লবদা অহিংবু, বিদায়বুদি লৌখরে।
অকনবা তপ তৌরবা, লেঙদবা ধর্ম্ম চৎলবা,
বন্দা লৈবা মথোয়না, রাঘবদা হায়খরে:
ধর্ম্মাত্মা ওইবা রাঘব, বন্দগী উহৈ পূরকপা,
মহর্ষিশিংনা চৎলবা, লম্বী অদু মসিনি।
লম্বী অসি চত্তুনা, চন্দ্রমদ্রবা বন্দবু,
হে রাঘব মহাত্মা, চঙববুদি

